# পল্লিসারগী নোট

লাইরিক হন্দোক্লিবা কমরেড বিনয় সিংহ অসি হৌজিকমক, চহি ৭ জেল তাহুনা কলিকাতাগী জেলদা লৈরি। লাইরিক অসি কমরেড অসিনা জেল চংত্রিবৈগী মমাংদা হন্দোকচরম্বনি।

মৈতৈ লোন্দা মার্কসিস লাইরিক হন্দোক্কুনা ফোংবা হায়বা অসি মণিপুর কম্যুনিষ্ট পার্টিনা মতম কুইনা আশা তৌহুনা লৈজরকলবা অমনি। হন্দক ফোংজরিবা অসিনা অহানবনি। লাইরিক ফোংজবদা শেন থুমনচিংবগী মরমদা ভার লৌবিখ্রিবা কমরেডসিংবু ঙমখৈ লৈতনা থাগৎচরি। মার্কসিস লাইরিক কয়ামরুম মৈতৈ লোন্দা হন্দোক্কুনা লৈজরে, মথং মথং ফোংজরক্লগনি।

অস্মুম্না লাইরিক ফোংবা অসিদা প্রজা মীয়ামগী উৎসাহ অমস্মুং মতেং পিবিনবা নোলুক্না নিংশিংজরি।

# ডাইলেক্টিকেল এণ্ড হিসটোরিকেল মেটেরিয়েলিজম্

পোৎশক্তা য়াম্নদবা পূনবা নিতি অসি মার্ক্সিষ্ট লেনিনিষ্ট পার্টিগী পৃথিবীগী মিৎয়েংনি। অদুগা পোৎশক্তা য়াম্নদবা পূনবা নিতি কৌরুবগী মরমদি, নিতি অসিনা মহৌশাগী লৈরিবা (প্রকৃতিগী) মশক অসিবু থংননবা অমসুং খিননবা হোৎনরকপদা মতম পুম্নমক্তা য়াম্নদবা পুনবা মশক অদুবু পুথোকতুনা তাকই, অদুগা মহৌশাগী লৈরিবা (প্রকৃতিগী) মশক অসিবু মওং তাকলকপদা অমসুং রাখলদা পুথোরকপদা মরুদি পোৎশকনি হায়না ফোংদোকই।

য়াম্নদবা পূনবা রাখল অসিনা, সমাজগী পুন্সি অসিবু থংনবা থিবদা শিজিন্নরবদি অদুগা সমাজগী ইতিহাস অমসুং মশক অমসুং মহাক্কী পুন্সি অসিগী খোংচৎ অসি পোৎশক্তা য়াম্নদবা পূনবা রাখল অসিদা পান্দূনা মশক থংনবা থিরকপা মতমদদি, রাখল অসি ইতিহাসপু পোৎশক্তা থাজবা রাখল হায়না খংনগনি।

মার্ক্স অমসুং এঙ্গেলসনা মখোইগী "য়াম্নদবা পূনবা" অসি মশক শন্দোকনা তাকলকপদা য়াম্নদবা পুনবা অসিগী মরু ওয়বা শকফম পুথোকলম্বদি, "হেগেল" হায়বা রাখল লৌশিং লৈরবা নিপা অদুনা হৌদোকলম্বনি হায়না হায়রমই। মসি

হায় হায়দ্রুনস্থ মাক্স' অমস্থুং এঙ্গেলসকী য়াম্নদবা পূনবা অসিগা হেগেলগী য়াম্নদবা পূনবা অসিগা চপ মান্নবদি নত্তে। তশেং-বদি. মাক্স' অমস্থুং এঙ্গেলসনা হেগেলগী য়াম্নদবা পূনবা রাখল অসিদগী "অফবা মচং" অদুতা লৌথোক্লগা ভাবনা শাবা মকূ পূম্নংক হুন্দোকলমদুনা নিংথিনা শেমদোকতুনা হৌজিক মতমগী অচুম্বা মশক অসিদা পুথোরকপনি।

মাক্স'না হায়খি:— ঐগী য়াম্নদবা পূনবা রাখল অসিদি হেগেলগী রাখল অদুগা মরু ওয়না খেম্নবতা নত্তুনা অনি অসিদি মশক তোঙান তোঙান্নবনি। হেগেলগী মওং অদুদি, রাখল খনবগী লম্বী অসি "ভাব" কী মমিংদা মহাক্না মনিং তম্বা রাফম অমদা পুথোকতুনা পৃথিবীগী মশক অসিবু শাগৎলকই, অদুগা পৃথিবীগী মশক অসিদি ভাব অসিগী মপানথোংগী শক-ফমতনি হায়না পুথোকই। মাদুগী ওন্নৈনবদা ঐগী মওংদি ভাব অসিদি পোৎশক্তা ওয়বা পৃথিবী অসিগী মমিবু মীওয়-বগী পুক্নিংদা মমি তাদুনা রাখলগী মওং ওল্লকপদনি অতৈ করিস্থু নত্তে।

মাক্স' অমস্থুং এঙ্গেলসনা মথোয়গী পোৎশক্তা থাজবা অসিবু মশক তাকলকপা মতমদা "ফয়েরবক" হায়বা রাখল লৌশিং লৈরবা নিপা অদুনা, পোৎশক্তা থাজবা রাখল অসিগী অচুম্বা মওং তাকলম্বনি হায়না হায়রমই। মসি হায়দ্রুনস্থ মাক্স' অমস্থুং এঙ্গেলসগী পোৎশক্তা থাজবা রাখল অদুগা ফয়েরবককি পোৎ-শক্তা থাজবা রাখল অদুগদি মশক মান্নদে। তশেংবদি, মাক্স'

অমসুং এঙ্গেলসনা ফয়েরবককি পোৎশক্তা থাজবা রাখল অতু-দগী "মনুংগী মচং" অতু লৌথোক্লগা কায়নত্রবা মচাক য়াওরম্বা ভাবতনা শাবা ওইথোকত্রবা লাই-তীন থাজবা মওং পূম্নমক লৌথোকতুনা মতিক চানা চাওখৎহল্লগা বৈজ্ঞানিক ওইরবা রাথলগী নিতি, পোৎশক্তা থাজবা ( মেটেরিয়েলিজম ) অসিবু পুথোরকই। ঐথোয়না মুন্না খংই মতুদি ফয়েরবক অসি মশানা পোৎশক্তা থাজবা নিপা অমনি, অদুম ওইনমক মহাক্না পোৎশক্তা থাজবা রাখল অসিবুদি মশানা চিংনবা পোকচখি। এঙ্গেলসনা হন্না হন্না হায়খরে মতুদি, ফয়েরবক অসি মশানা পোৎশক্তা থাজবা মীওয়নি হায়না লেপ্লগসু, মশাগী হৈনরকপা ভাবনা শাবা রাগলনা থুরৌ চেন্দুনা লৈখরে, অদুনা মহাক্না ধর্ম্মগী মরাদা অমসুং লমচৎকী মরাদা রাখল লাইরিকনি হায়না ফোংদোকপা অতুদদি ফয়েরবক অসি ভাবনা শাবা রাখল চেল্লি হায়না মুন্না খংলে।

ডাইলেক্টিক্স হায়বা রাফম অসি গ্রীসকী "ডাইলেগো" হায়বদি, মরৈ য়েৎনবা অমসুং রারি শাবা হায়বা রাফম অসিদগী হৌরকপনি। থাইনা মমাংগৈদা ডাইলেকটিকস অসিবু য়ান্নদবা মীওয় অমনা য়েৎলকপা রাফম অমদা ওন্নবা মওং য়াওরকপা মওং অদুবু ফোংদোকলগা ওন্নবা মশক অদু চুম-থোকতুনা অচুম্বা রাফমদা তাননবা হোৎনরদা শিজিন্নবা লৌশিং ওয়না লৌনরম্মী। মমাংগৈ মতমগী রাখল লৌশিং লৈরবা মীওয়শিংনা রাখল অমগী মন্নুংদা ওন্নৈনবা মওং য়াওবা

অত্তব্ ফোংদোকপা অদুগা পুমথেন খেন্নবা মত অনিনা মরৈ য়েৎনবা অসিনা অচুম্বা থিননবগী থরাইদগী অফবা লৌশিংনি হায়না থাজনরমই। রাখলদা ডাইলেকটিকস পানবা মওং অসি মমৈদদি, মহৌশাগী লৈরিবা (প্রকৃতিগী) মশক অসিদা পানবা হৌনরকতুনা মমৈদদি মহৌশাগী (প্রকৃতিগী) মওং অসিবু থংবা ওন্বা ডাইলেকটিকসকী নিয়ম অদুদা চাওখৎলকই। অদুগা রাখল নিয়ম অসিনা মহৌশাগী (প্রকৃতিগী) মশক অসিবু কেপ্পা লৈতনা অস্থুম লেংহুনত্তা লৈবা, তত্তনা ওন্দুনত্তা চৎলিবা শকফমনি হায়না পুথোকই অদুগা মহৌশাগী (প্রকৃ-তিগী) মওং অসিদা ওন্নতৈনবা মশক্কা পুন্দুনা লৈবনা অদুগা মদুনা হেক চাওখৎলকপগা মহৌশাগী (প্রকৃতি) মশক অসি-দস্থু পুমওন ওন্নবা শক্তি অনিনা য়েৎনবা অদুগী ফলনা চাওখৎপগী মওং থোকহন্দুনা চৎলি।

মপুংদদি ডাইলেকটিকস অসিদি ঈশ্বরগী রাখলদা থাজবা (মেটাফিজিকস) অসিগদি পুমথেন খেন্নে।

১। মার্ক্সিস্টকি য়াম্নদবা পুনবা রাগল অসিগী মরু ওয়বা মওংদি মখাগী অসিনি—

(ক) ঈশ্বর থাজবা রাখল অসিগা পুমথেন খেন্ননা, য়াম্নদবা পুনবা রাখল অসিদি মহৌশাগী (প্রকৃতি) মশক অসিবু মফম মরাং থংহৌদনা হেক্তা থোরকতুনা লৈরমলবা, অমগা অমগা মরী লৈনদ্রবা, তোঙান তোঙাম্না মনিং তম্না নাইতোম হৌনরকপা পোৎশক ওয়না লৌদে, তৌইগুম্বস্থুং মহৌশাগী

( প্রকৃতি ) মশক অসিবু অমগা অমগা মরী লৈনবা, থান্নবা য়াদবা অমনা অমবু পুন্নদুনা লৈন্নিবা মশক অমনি হায়না লৌই, অদুগা অসিগুম্বা অপূনবা মওং অসিদা পোৎ অমগী মশক অসি অতোপ্পা পোৎ অতৈপা অমগা অমগা শোগৎনদুনা, মশা অমবু অমগী ফিভম্মা লেপনদুনা লৈনৈ।

মরম অদুনা য়ান্নদবা—পূনবা রাথল অসিগী নিয়মশ্রা, মহৌশাগী ( প্রকৃতি ) মশক অসিদগী পোৎশক অমত্তবু তোঙাম্না পুথোক্লগা, মর্শা অদুতনা, অতৈ মহাক্কী অকোয়বদা লৈরিবা পোৎশক অমস্তুং অবস্থাগী মওং অদু য়াওদ্রবদি, পোৎশক অদুবু মশক খংবা ঙমলোই হায়রি। মরম অসিনা, মহৌশা ( প্রকৃতি ) গী মওং অসিদগী, ঐগোয়না জাগা অমদগী পোৎ অমত্তং লৌথোকতুনা মহাক্কী অকোয়বদা লৈরিবা অবস্থা মওং অমস্তুং মহাক্কা মরী শন্নদুনা তিন্নরিবা মশক অদুবু পুথোকত্রবদি, নাইতোম ওয়নদি পোৎ অদুবু মশক খংবা ঙমলোই, অদুনা, অদুগা চপ মান্ননা, পোৎ অমবু ঐখোয়না মাহাক্কী অকোয়বদা লৈন্নিবা মশক অদুবু তশেংনা পুথোকতুনা, মহাক্কা থান্নবা য়াদনা লৈনরিবা মরী অদু খংলগা, অকোইবগী অবস্থা অদুগী মপান্না পোৎকী মওং অদুবু ফোংদোকহল্লবদি, শোয়দনা শন্দোকনা তাকতুনা মশক খংবা ঙমগনি।

খ। ঈশ্বরগী রাথল থাজবা (মেটাফিজিক্স) অসিগা পুমখেন খেন্ননা, য়ান্নদবা পূনবা ( ডাইলেটিক্স ) রাঙল অসিদি, মহৌশাগী ( প্রকৃতি ) মশক অসিবু শকফম পুমওন ওন্দ্রবা, মওং

অম্সুম তৌনত্তা লৈরকলবা, হৌজিকস্মু লেংদনা লৈরিবা অতুগা তুংদস্মু মশক অমুক ওল্লকলরোইদবা মওংনি হায়না লৌদে, তৌইগুম্বস্মুং মহৌশাগী মশক (প্রকৃতি) অসিদি, মতম পুম্নমক্তা অরেপ্পা লৈত্তনা ওন-ওন্দুনা, লেংদুনত্তা লাক্লিবা, মথং মথং তত্তনা মশক হোং-হোংদুনা চাওখৎলক্লিবা শকফমনি হায়না লৌই, অতুগী মনুংদা শরুক থরনা মতম পুম্নমক্তা চাওখৎ-লকপা, অনৌবা মওংদা ওন—ওন্দুনা লাকপা, থরনা অত্তোপ্পা মওংদা তিম্নখিবা, অতুগা থরনা শাথরকপা মশক অসি থোকতু-নত্তা লৈ হায়না লৌই।

য়ান্নদবা পূনবা রাখল অসিগী-নিয়মনা পোৎশক অসিবু য়েংলকপদা, পোৎ অতুগী মশা অতু, অতৈ পোৎশক কয়াগা মরী লৈনদুনা অমনা অমগী মশক থোরকনবগী মরুনি হায়না লৌবদা নত্তনা, পোৎ অতুবু তত্তনা মশক হোং-হোংদুনা চাওখৎ-তুনত্তা লাক্লিবা, অনৌবা কয়া থোয়কইবা অতুগা কয়ানা শিথরকলিবা মশক্লি হায়না তাকলি।

য়াম্নদবা পূনবা (ডাইলেক্টিক্স অসিগী নিয়ম্না শিথরক্লবা, য়েংবদদি হৌজিকমক অকনবা মাল্লিবা পোৎ অমদগী, হৌজিক-মক য়েংবদদি শোম্না উরিবা অতুগা নৌনদি হৌগৎলকলিবা অমস্তুং চাওখৎলক্লিবা পোৎশক অতুনা হেম্না মরু ওয়না লৌই, মরমদি, য়াম্নদবা পূনবা অসিগী নিয়মনা চাওলক্লিবা অমস্তুং হৌগৎলক্লিবা পোৎশক অসিতবু থিংবা ঙম্বা হৌনদে হায়না লৌই।

এঙ্গেলসনা হায়থি—"মহৌশাগী (প্রকৃতি) মশক পুম্নমক

অসি, হায়রবদি, পীকখররবা পোৎ মচা অমদগী চাওখররবা পোৎ অসি ফাওবা, লৈঙোয় মরিক অমদগী মুমিৎ অসিগী মশক ফাওবা, অতুগা জীব পানবা হেক হৌরকপা মশক অতুদগী মীওয়বগী মশক লাকপা অসি ফাওবা, তত্তুনা অরেপ্পা লৈত্তনা, অনৌবা পোক্লকপা অমসুং শিথরকপা মশক অমসুং তত্তুনা মশিং য়ামথোরকপা, মশক ওস্থোক-ওস্থোক্তুনা অত্তৎপা লৈত্তনা ওন্দুনতা লাক্লিবা খোংচৎ অমনি।”

মরম অতুনা এঙ্গেলসনা হায়খি—“য়াম্নদবা পূনবা রাখল অসিনা পোৎশক অসিবু অমগা অমগা মরী লৈনবা অনৌবা হৌগৎলকপা অমসুং মাংথখিবা শরুক য়াওবা মশক অমদা লৈ হায়না লৌই।”

গ। ঈশ্বরগী রাখলদা থাজবা অসিগী ওল্লক্তৈনবদা, য়াম্নদবা পূনবা রাখল অসিদি চাওখৎলকপা মওং অসিত্তবু ইচম চম্না, অসুম হৌগৎলক্তুনা চাওখৎলকপা, পোৎকী চাং অমসুং মশিং হেনগৎলকপনা মহাক্কী মশক অমসুং মগুণ অতুবু ওস্থোক্তে হায়না লৌদে, তৌইগুম্বসুং চাওখৎলকপা মওং অসিদি পিকখররবা পোৎ মচেৎ মচেৎ হেনগৎলকপনা, মশক উবা ফংদনা পোৎকী চাং অমসুং মশিং ওলহন্দুনা মমৈদদি পোৎকী মশক অমসুং মগুন অতুবু পুমওন ওন্দুনা ফোংদোরকই, অসুম্না চাওখৎলক্লিবা মওং অসিদি, পোৎকী মগুন অমসুং মশক ওল্লকপা অসি চাং নাইনা তপনা তপনা ওল্লকপা নত্তে, য়াম্না থুনা পোৎকী মওং অমদগী অত্তোপ্পা মওং অমদা খং-চোং

চোংঙক্তনা ওনখিবনি। অদুম ওয়নমক মওং অসি ইথং থংহৌ-দনা হেক্তা থোরকপদি নত্তে, মসিদি মশক উবা ফংদবা পোৎ মচা মচা কয়ানা তত্তনা পৈশিল্লকতুনা মশিং হেনগৎলকপদগী তত্তনা মগুন অমস্তুং মশক ওল্লকপগী নিয়মনি।

ডাইলেক্তিক্সগী নিয়ম অসিনা চাওখৎলকপা মওং অসিতবু অকোইবা লম্বী অমদা লৈত্তুনা লৈবা অদুগা হান্না থোকখরবা মওং অদুতবু হন্না অমুক থোকহনবা, ইচম চম্বা নিয়মনি হায়না লৌদে, তৌইগুম্বস্তুং মমাংলোমদা অমস্তুং মথকলোমদা অস্তুম চাওখৎলকপা খোংচৎনি, হায়বদি, হান্নগী অরিবা মশক অমস্তুং মগুন অদুদগী অনৌবা মশক অমস্তুং মগুন অমদা ওল্লকপা, ইচম চম্বা মওংদগী পোৎচং কয়া পুনশিন্দুনা থোরকপা মওংদা মথাগী থাক্তা লৈরম্বদগী অরাংবা থাক্তা চাওখৎলকপা খোংচৎনি হায়না লৌই।

এঙ্গেলসনা হায়খি—"মহৌশাগী (প্রকৃতিগী) মশক অসি-নস্তু ডাইলেটিক্সকি অচূম্বা খংনবা ফিভম কয়া উৎলি, অদুগা হৌজিক্কী মতমগী প্রকৃতিক বিজ্ঞান অসিনস্তু অচুম্বা খংনবা পরিক্ষা অসিগী কান্নরবা পোৎচং কয়াস্তু পীরি; অদুনা য়াম্না শেংনা মচা থায়না পুথোরকপদদি, মহৌশাগী (প্রকৃতিগী) খোংচৎ অসি ঈশ্বরগী রাখলনা শাগৎলকপা নত্তে, য়ান্নদবা পূনবা, ডাইলেটিকস নিয়ম অসিগী ফিভমনা [illegible]কপনি হায়না প্রমান চপ চানা ফংলে। অদুগা মহৌশাগী (প্রকৃতিগী) খোংচৎ অসি লেংদ্রবা নিয়ম অমদা হন্না [illegible] চাং কাইদনা

মওং অমত্তদা হনজিন্না থোকপা নত্তে, তশেংবা ইতিহাস অমগী খোংচত্তা চাওখৎতুনা লৈরিবনি। মতাং অসিদা ডারউইনগী রাকম অহু পল্লম্বা দরকারনি, মরমদি—মহাক্না মহৌশাগী (প্রকৃতিগী) মশক অসিবু ঈশ্বরগী রাখলনা পুথোরকপনি হায়না থাজরম্বা রাকম পুম্নমকপু ককথৎতুনা ওসি পৃথিবী অসিদা লৈরিবা লেংলি-পাল্লিবা, উ-রা, শা-ঙা, অসিদগী মীওয়বা ফাওবা অসি, চহি কোটি কোটি কয়া চংনা চাওখৎলকপগী মওংদগী থোরকলিবনি, হায়না প্রমান পীরম্মী।"

য়াম্নদবা—পূনবা অসিগী নিয়মদা, চাওখৎলকপা মওং অসি, চাং অমস্তুং মশিং হেনগৎপদগী মগুন অমস্তুং মশক ওন্দুনা চৎলিবনি হায়না তাকলকপদা এঙ্গেলসনা হায়খিঃ—

"ফিজিক্স (পোৎশক্কী বিজ্ঞান) না ওল্লকপা মওং অসিতবু পোৎ অমগী মশাদা পকতুনা লৈরিবা নত্রগা মশাদা য়াওরিবা শক্তক থরদা চাং অমস্তুং মশিং ওলহনবনা পোৎকী চাং অতুবু মশক অমদা মগুন হোংদোকহল্লি। খুদমগা মশক ওয়না, ঈশিং অসি মহি লাংবা মওং অতুদগী ইংলক্লগা করম তৌবগে নত্রগা য়াম্না শাহল্লগা করি তৌবগে হায়বা অহু চুম্না য়েংবদদি থংবা ওমদে ৃৈাইগুম্বস্তুং করিগুম্বা মহি লাংবা ঈশিং অসিনা য়াম্না মঙক চানা শাগৎলকপা অমস্তুং য়াম্না ইংলকপা মতাং তামা য়োরকপা মতম অতুদদি, মহাক্কী অপুনবা মওং অহু মাংথিহনা ঈশিং অতু অমুক্না মনিল ওল্লকই অহুগা অমুক্না উন ওল্লকই।

প্লেটিনমগী য়োংলি অমা শাহনবা তারবদি মতিক চানা অশাবা অকনবা মৈগী শক্তি অমা দরকারনি, ধাতু খুদিংমক্কী মহি লাংনবা লোনবগী অককনবা অশাবা মওং অমমম লৈ, অদুগা মহি লাংবা পোৎ অসিগীস্তু ফমজিন্নবগী অমসুং শোহন-নবগী অককনবা চপ-চাবা মতাং অমমম লৈ, মসি অইংবা অমসুং অশাবা মশক অসিবু ঐথোয়না শিজিন্নরগা মওং পুম্নমক অসি পুথোকপা ওমই। অদুগা গ্যাস ( মনিল অমসুং মুংশিৎ ) অসিগীস্তু ইংহল্লগা নল্লগা পুনশিল্লগা নিংথিনা খোমজিল্লবদি, অককনবা মতাং অমদা মহি লাংবা পোৎশক অমা ওল্লকই। ফিজিক্সগী মসুংদা চপ-চাবা মতাং (কন্সটেণ্ট) হায়নবা ( মওং অমদগী অতোপ্পা মওং অমা ওল্লকনবগী অককনবা মতাং অদু অতৈ করিস্তু নত্তে, অদুদি পোৎকী চাং অমসুং মশিং হেনগৎলকপা নত্রগা হন্থরকপা অসিগী খোংচৎ অসিদা অককনবা চপ চাবা মতাং অমা য়োরকই, মতম অদুদা পোৎকী মগুন অদু ওন্দুনা মশক অতোপ্পা অমা ওস্থোরকই, অদুনা পোৎ অদু মগুন অমদা ওস্থোকথি, মসিবু ফিজিক্সনা পুথোকতুনা তাকই।"

এঙ্গেলসনা, কেমিস্ট্রীগী (পোৎকী মগুন য়েংনবা বিজ্ঞান) মতাংদা হায়থি :—

"কেমিষ্ট্রি অসি পোৎ অমগী মসুংদা য়াওরিবা চাং অদু ওল্লকপদগী. মহাক্কী মগুন অদু ওল্লকই হায়না পুথোকপা বিজ্ঞাননি। মসিগী নিয়ম অসি হেগেল মশামকনা মুম্না ভাব

তায়; খুদমগী মশক ওয়না, ওক্সিজেনগী মতাংদা য়েংসি, (ওক্সিজেন হায়বগী অর্থদি, জীব পাংবা পুম্নমকনা হিংনবা মরমদা, চংদবা য়াত্রবা মনিল নত্রগা মুংশিৎ অমনি, মদুগী মপাম্না মুংশা স্বর হোনবা ওমলিবনি ); মোলুকল ( পোৎ অমগী থরাইদগী পিকথরবা শরুক, অদুগা শরুক অদুদগী অমুক মচেৎ তানা থাইদোকপা য়াত্রবা মওং অদুবু মোলুকল কৌই ) মসিদা মহৌশাগী চৎনবী এতোম অনি য়াওরম্বা তোকতুনা, এতোম অহুম য়াওবা থোক্লবদি, ওজোন হায়বা পোৎশক অমা ওল্লকই, অসিগুম্বা মশক অসি ওক্সিজেনগী মশক, মনম অমস্তুং শিজিন্নফম খেন্নবা অত্তোপ্পা পোৎশক অমনি। অদুগা ওক্সিজেন অসি চাং খেন্ননা নাইট্রেজেন নত্রগা সলফরগী শরুকা তিন্নশিন্নরবদি, মদুগী ফলনা, মশক অমস্তুং মগুন পুমথেন খেন্নবা মওং থোরকই; মতাং অসিদা ঐথোয়না করি খনকম থোকই।"

ধুরিং হায়বা নিপা অদুনা, হেগেলবু, চুমই চুমদে হায়না চৈরমলগা, লোম্না হেগেলগী ফজন্নবা রাখল, থরাই পান্দবা পৃথিবী অসিগী মশক্তুগী, মথরাই পানবা জীবনা লৈরকপা পৃথিবী মওং ওল্লকপা, অদুগা মশাগী জীব পানবগী মওং থোক্তুনা লৈরম্বা পোৎশক্তুগী জীব পানবা লাকপা পুক্সি অসিদা ওল্লরকপা ফিভম অসি, অনৌবা মওংদা চোংলক্তুনা ওয়নকপনি হায়বা অসিবু লৌথোকতুনা শিজিন্নরম্বা মতাংদা, এঙ্গেলসনা, ধুরিংবু হায়থি :–

"মসিগী রাখল অসিদি হেগেলনা শিজিন্নরম্বা পোৎকী মরী লৈনবা মশক অতুবু ওন্নবা লমজৈনি। পোৎকী চাং হেনগৎলকপা নত্রগা হন্থরকপা মওং অসিদা করিগুম্বা অকরুবা মতাং অমা য়োরকপা মতমদদি, পোৎ অতু অমুক্তদা অতোপ্পা মশক নাইবা মগুন অমদা খংওন ওনথি, খুদমগী মশক ওয়না, ঈশিং অসি য়ামনা শাংল্লগা নত্রগা ইংহল্লগা মহাক্কী অশাবগী অককনবা মতম অতু লাকপদা, নত্রগা ইংলকপগী ফমজিল্লকপা মতম অতু লাকপদা মতাং অমা চপ-চানা য়োরক্তনা চৎথরকলিবা নিয়ম অতুগী মতুং ইন্না শকফম তোঙানবা অনৌবা মওং অমদা খংওন ওম্ব্রোকখি, ফিভম অসিদদি, পোৎকী চাং অতু, মগুন অমা ওয়না ওম্ব্রোরকই।"

ঘ। ঈশ্বরগী রাখলদা থাজবা (মেটাফিজিক্স) অসিগা খেন্নবা ডাইলেকটিক্স (য়ান্নদবা পূনবা) অসিগী রাখলনা পোৎ খুদিংমক অমম্বুং মহৌশাগী (প্রকৃতি) মশক অসিদা, ওন্ন তৈনবা মশক অসিনা পুন্দুনা লৈ হায়না লৌই, মরমদি পোৎ খুদিংমক্কী অওইবা অমম্বুং ওয়দবা মশক, হৌথিবা হায়বা অমা অমম্বুং তুংগী হায়বা অমা, শিথরকপা শরুক অমম্বুং হৌগৎলকপা শরুক মশাদা য়াওই, অতুগা অসিগুম্বা ওন্নবা মওং অসিনা তত্তনা খেংনতুনা অমম্বুং য়েংনতুনা লৈবনা, অনৌবা অমম্বুং অরিবা মশক খেংনবদা, শিথরকপা শরুক্কা, নৌনা হৌগৎলকপা শরুক্কা খেংনবদা, অতুগা মাংথরক্লবা মশক্কা, চাওখৎলকপা মশক্কা খেংনবা অসিদা পোৎ খুদিংমক্কী চাওখৎ-

লকপগী নিয়ম অসি য়াওরি, মসিনা পোৎকী চাং ওম্থোকতুনা অতোপ্পা মগুণ চেনবা পোৎশক অমা ওল্লকুবগী মরু ওয়বা পোৎচংনি।

ডাইলেকটিক্সকী নিয়মনা, মথাগী থাক ওইরম্বদগী অরাংবা থাক্তা চাওখৎলকপা মওং অসিদবু, পোৎকী মশক অসি ফজনা কাইন্দনা অম্মুম লৈরম্বদগী ফোংদোরকপা নত্তে, তৌই-গুম্বম্লুং পোৎকী মন্নুংদা ওন্ন তৈনবা মশক লৈরম্বা অদু ফোংদোরকপদগী থোরকপনি ; হায়বদি অসিগুম্বা ওন্নবা মশকশিং অসিগী তিন্নবা য়াত্রবা য়েৎনবা শকফম অদুতনা ফোংদোক-হল্লক্কদবনি।

লেনিন্না হায়খি :—"ডাইলেকটিক্স ( য়াম্নদবা পূনবা ) অসিগী তশেংবা অর্থ দি পোৎকী মশাদা ওন্ন তৈনবা মওং থোকইবা অদুবু থিবনি।"

অদুগা অমুক্তা :—"চাওখৎলকপা হায়বা অসিদি ওন্নবা মশক্লা থেংনরকপদা ওইরকপনি।"

মসিনা মার্ক্সিষ্টকী ডাইলেকটিক্স ( য়ান্নদবা পূনবা ) নিয়ম অসিগী শমলপ্পা মওংনি।

ডাইলেকটিক্সকী নিয়ম অসিনা সমাজগী পূনশি অমসুং সমাজগী ইতিহাস অসিবু থিবদা শীজিন্নরবদি, কয়া য়ামনা কান্নবা ফংগদগে, অদুগা অসিগুম্বা নিতিশিং অসিবু সমাজগী ইতিহাস অসিদা পান্দুনা, অদুগা খুৎ তৎলবা কাংবুগী পার্টি অসিনা পাংথোরকপা থবক্তা পান্দুনা শিজিন্নরবদি, কয়াদা

কান্নবা কংগদগে হায়বা অসি য়াম্না লায়না ভাব তাবা ওম্লে।

পৃথিবী অসিদা নাইতোম তাবা, মরনাই ওয়না লৈবা পোৎশক লৈত্তে, অদুগা পোৎ খুদিংমক অসি অমগা অমগা মরী লৈনদুনা অমনা অমবু য়োকখৎতুনা লৈনৈ, মওং অসি-দদি ঐখোয়না ভাব তাবা ওমলে, মদুদি সমাজগী মওং খুদিং-মক অসি অদুগা ইতিহাসতা, সমাজগী চৎথরকলিবা খোংচৎ পুম্নমক অসি, ইতিহাস লেংবা মীওই কয়ানা তোয়না শিজিন্ন-রিবা "লেংবা লৈত্রবা আইন" নত্রগা হান্না ভাবনা শাবা রাখল থরগী মখাদা পুথোরকদবা নত্তে, তোইগুম্বস্নং পূম্নমক অসিদি, সমাজগী মওং নত্রগা সমাজগী খোংচৎ অসিগা মরী শম্নরিবা মথোয়বু থোরক্নবা শিল্লিবা অদুগুম্বা অবস্থা অদুবু তাক্লগা পুথোক্কদবনি।

হৌজিক মতমগী চাওখৎলবা অবস্থা অসিদদি, মীনাই নাইথাং নাইদুনা পাল্লম্বা সমাজগী মওং অদু অর্থ য়াওদবা চৎনবা য়াদ্রবা, অণ্ডাওবা নিয়ম ওয়না থোক্লগনি। থাইনগী পূন্না পূন্না পাল্লম্বা সমাজগী মওং অদুনা শিথরক্লবা মতম অদু-দদি, মীনাই-নায়থাং থম্বা সমাজগী নিয়ম অদু ভাব তান্নন চৎনরিবা চুনবা মওং অমা ওয়রমই, মরমদি, পূন্না চাওখত্তুনা পাল্লম্বা থাইনগী সমাজ মওং অদুদগীদি, মসিনা থরা চাওখৎ-লকপা মওং ওয়বনা মশাগী ফিভম অদুম্মু চান্নরমই।

জারনা পানবা মতম অদুগা বুর্জোয়া সমাজনা লৈরিঙৈ মতম অদুদদি বুর্জোয়া গনতন্ত্রগী বিপ্লবীক শাগৎনবা তানবা

দাবী অহু, হায়বদি রুসিয়াদা শোক ১৯০৫ দদি দাবী অসি মীয়ামনা ভাব তান্নরবা মতমগা চুনরবা বিপ্লবী দাবী অমা ওয়রম্মী। অদুগা হৌজিক্কি ইউ, এস, এস, আর, অসিগী অনৌবা অবস্থা অসিদদি, বুর্জোয়া গনতন্ত্রগী বিপ্লবীকী দাবী অদুদি অর্থ য়াওদবা বিপ্লবী ওয়দবা দাবী ওয়রগনি, মরমদি, হৌজিকী মতমদদি বুর্জোয়া বিপ্লবীক অসিগী দাবী অসিদি সোভিয়েট রিপব্লিক অসিদগী য়ামনা থাপনা তুংদা লৈহৌরবা মতমগা চুনদ্রবা মওং অমা ওইররে।

অদুনা পোৎ খুদিংমক, মফম, মতম অমসুং অবস্থাগী মতুং ইনবা ঙাক্কনি।

মওং অসিদগী ভাব তাবা ঙমলে অদুদি সমাজগী ফিভম অসিদা ইতিহাসকী মশক থিদুনা পুথোকত্রবদি, ইতিহাসকী বিজ্ঞান অসিবু মশক শেংনা চাওখৎহনবা ওইথোক্কে, মরমদি অসুম্না মওং চুম্না থিবা নত্রবদি ইতিহাসকী বিজ্ঞান অসিবু থৌদোক থরা মচোই মচোইনা; মফম মরাং খংদনা খোরকপনি হায়না লৌবা অদুগা শেরান তুরান পংথোম খোমজিনবা, ৱারি খরনা, শারম্বা মওং অদুদগী চুমথোকপসু ঙমলোই।

অমুক্কা, পৃথিবীগী মশক অসিনা তত্তুনা ওন্দুনতা চৎলিবা খোংচৎ অমদা চাওখৎতুনতা লৈরবদি, অদুগা অরিবা পোৎনা মাংথখিবা অদুগা অনৌবা পোৎনা হৌগৎলকপা অসিনা চাওখৎ-লকপগী আইন ওয়রবদি "ওনবা য়াদ্রবা" সমাজগী মওং লৈবা হৌনদে, মরম্নাই শেন থুম পৈশিন্নবা, অওৎপা নিত্তি

অসিগী "লেংত্রবা, হোংবা য়াত্রবা নিয়ম" অমা লৈব য়াবা হৌনদে, অদুগা লোয়াম চাবনা লোমীবু ওৎতুনা অমসুং নৈদুনা লৈগনি, নত্রগা, শেনজাও পায়বনা থবক শুবশিংবু ওৎতুনা থমগনি হায়বা "অসুম লৈহৌগদবা ভাব" অমা লৈবা য়াবা হৌনদে।

মরম অদুনা, শেনজাও পায়বা সমাজগী মওং অসি, সোসি-য়েলিষ্টকী অনৌবা সমাজগী মওংনা মহুৎশিনবা শোয়দনা ওমগনি, মরমদি মতম অমদা শেনজাও পায়বা সমাজগী মওং অসিনসু নিংথৌ পানবা সমাজগী মওং অদুবু মহুৎ শিন্দুনা চাওখৎলক্লিবনি।

রাথল অসিদগী, ঐপোয়না অনৌবা অমসুং অফবা রাথল পুথোরকপা অসিতবু, হৌজিকমক অকনবা শক্তি পুরিবা মওংদি মানবা, অদুগা চাওখৎপদি চাওখৎলরোইদবা সমাজগী থাক অদুদা য়েংদুনা পুথোক্কদবা নত্তে, তৌইগুম্বসুং হৌজিকমক অকনবা শক্তি অমদি ওয়ত্রিবা অদুগা মশাদি নৌনা চাওখৎ-লক্লিবা ভুংগী লম্বীদা শাংনা লৈরিবা, অদুগুম্বা থাক অদুদা য়েংদুনা পুথোক্কদবনি।

মমাংগী শকাম্বীদা হায়বদি ১৮৮০ অদুরাইদা, মার্ক্সিষ্ট অমসুং নারোডনিক্স অনিগী মরক্তা থেংনবা হৌরকপা মতম অদুদদি রুসিয়াদা খুৎ—তৎলবা কাংবু অসিনা প্রজাগী মসুংদা মশিং য়ামনা য়ামদনা লৈরম্মী, অদুগা লোমাগী মীওয় অসিনা প্রজাগী মশিং অয়াম্বা শরুক ওয়রমই। অসি ওমদুনসু, খুৎ

তৎলবা কাংবু অতুদি কাংলুপ অমা ওয়না নৌনা হৌগৎলক্লি-বনি, অতুগা লৌমী অতুনা মচোই মচোয় তারক্লবা, কায়থ-রকলবা কাংলুপ অমা ওয়রমই। খুৎ তৎলবা কাংবু অতুনা চাওখৎলক্লিবা কাংলুপ ওয়বা মরমদগী মার্ক্সিস্টশিংনা মখোয়গী অনৌবা রাখল লেপ্পদা খুৎ—তৎলবা মীওয় য়েংতুনা পুপোকাখি। অতুগা মখোয়না লেপলিবা ফিরেপ অদু লানবস্থু লানখিদে মরমদি, ঐখোয় পুম্নমকনা হৌজিক ভাব ফংলে মতুদি খুৎ তৎলবা কাংবুশিং অসিনা মতম অতুদা য়াম্না পীক্লবা শক্তি অমা ওয়না লৈরমলবস্থু তুংদদি ইতিহাসকী ওয়বা, য়াম্না থুনা চাওখৎলকপা রাজনিতি শক্তি অমা ওয়াখি।

মরম অসিদগী, নিতি লেপলকপদা অরানবা মশক পকহল-লোই খল্লবদি, মতম পুম্নমক্তা মাংলোমদা য়েংতুনা চৎকদবনি, তুংদা হন্দুনা চৎপা মিৎয়েং লৌরোইদবনি।

অমুক্তা, অস্থুম তপনা তপনা পোৎকী চাং অসি ওল্লক-পনা য়াম্না থুনা অমুক্তদা পোৎকী মশক অমস্থুং মগুন ওল্লি হায়বা অসিনা পোৎকী চাওখৎলক্লবগী আইন ওয়রবদি, অরাবা থাংলিবা অমস্থুং ওৎপীরবা কাংলুপশিংনা বিপ্লব হৌরকপা অসিবু মশানা থোক্তরা য়াদ্রবা মহৌশাগী নিয়মনি হায়না ভাব তাবা ওমলে।

মরম অসিদগী, শেনজাও পায়বা সমাজ অসিদগী অনৌবা সমাজ সোসিয়েলিজম অসিদা ওল্লকপা, অদুগা শেনজাও পায়বা নিতি অসিদগী, থবক শুবা কাংলুপ অসিবু মুক্তি পীরকপা

অসি তপনা তপনা শেমদোরক্তুনা চুম্না ওয়জরকপদি ওয়খোক্তে, তৌইগুম্বস্নুং শেনজাও পায়বা সমাজ অসিগী মগুন অমস্নুং মশক অসিবু বিপ্লব অমগী মপান্তনা ওস্থোরকপা ঙমগদবনি।

অদুনা, নিতি লেপললকপদা অরানবা মশক থোকহল্লোয় হায়রবদি, মতম পূম্নমক্তা বিপ্লবীক ওয়দুনা চৎকদবনি, শেম-দোক খোৎতোকতুনা মশক ওল্লকপা ঙমগনি খন্দুনা চৎলোই-দবনি।

অমুক্তা, চাওখৎলকপা মশক অসিতবু, পোৎকী মশাদা য়াওরিবা ওন্ন-তৈনবা মশক অদু ফোংদোক্লগতদা ওয়রকই, হায়বদি ওন্ন-তৈনবা শক্তি অনিনা থেংনরকপা, অদুগা ওন্ন-তৈনবা মশক অসিবু অমুক কোকহল্লকপা অসিদা পোৎকী চাওখৎলকপা মশক ওয়রকই, হায়বদি, খুৎ-তৎলবা কাংলুনা চথরকলিবা কাংলুপকী লানফম অসিদি, থোক্তবা য়াদ্রবা মশানা তাবা ফিভমদগীনি হায়বা তশেংলে।

মরম অদুনা, ঐখোয়না শেনজাও পায়বা সমাজ অসিগী মমুংদা লৈরিবা ওন্ন-তৈনবা শকফম পুম্নমক কুপশিন্দুনা থমফম থোক্তে, মসিদি, মতম পুম্নমক্তা ফোংদোকতুনা হায়-দোক্কদবনি অদুনা, ঐখোয়না কাংলুপকী থেংনরিবা মওং অসি খিংগদবা নত্তে, মসিবু পনথুংফম তান্না পুথদুনা চত্থগদবনি।

অদুনা নিতি লেপ্লকপদা অরানবা মশক য়াওহল্লোয় খল্লবদি, মতম পূম্নমক্তা খুৎ-তৎলবা কাংলুপ অসিগী নিতিদা

য়ান্নবা লৈতনা থবক চংথগদবনি, বুর্জোয়াগা খুং তংলবা মীওয়শিং অসিগা তিন্নবা পূন্না লৈমিন্নগদবনি হায়বা শেমদোক খোংতোকতুনা শাগংকদবনি খনবা নিতি চংলোয়দবনি, অদুগা শেনজাও পায়বা সমাজ অসিদগী অনৌবা সমাজ সোসিয়েলিজম অসিদা চাওখংলকপা মওং অসি য়ান্নবা নিতি মথাদা পুরক্কদবনি, হায়না খল্লোইদবনি।

মসিনা সমাজগী ইতিহাসতা অমসুং সমাজগী পুন্সিদা মাক্সিষ্টকি রাখল য়ান্নদবা পূনবা ( ডাইলেকটিক্স ) নিতি অসি পান্দুনা য়েংবগী মওংনি।

মার্ক্সিষ্টকি রাখল লৌশিং পোংশক্তা থাজবা নিতি অসি "ভাব" থাজবা রাখল লৌশিংগা অমগা অমগা পুমংখেন খেন্নে।

২। মার্ক্সিষ্টকি রাখল—লৌশিং পোংশক্তা থাজবা অসিগী মরু ওয়বা নিয়মদি মথাগী অসিনি—

(ক) "ভাব" থাজবা নিয়ম অসিগী মখাদদি, পৃথিবী অসি "ঈশ্বরগী রাখল" শিব নাইদ্রবা থরাই" অদুগা "জ্ঞান" অসিগী মশক ফোংদোকপনি হায়না লৌই। অদুগা, মার্ক্সকি রাখল লৌশিং পোংশক্তা থাজবা নিয়ম অসিদি মসিগা পুমখেন খেন্নে পোংশক্তা থাজবা নিয়ম অসিনা পৃথিবীগী মশক অসিবু পোংসকনি হায়না লৌই, মশিং লাকণ্ডমদ্রবা পৃথিবীগী মশক খোকইবা অসি অতৈ করিস্থ নত্তে, মথল মথলগী পোংনা মশক ওন্দুনা চাওখংতুনা চংপগী মওংনি।

ডাইলেকটিক্সকি নিয়মনা পুখোকলিবা, পোংশক পুন্নমক

অসি অমগা অমগা মরী লৈনৈ, অদুগা অমনা অমগী মপান তাংদুনা লৈনৈ, হায়বা অসিনা লেংদুনতা লৈরিবা পোৎশক পুম্নমক অসিগী চাওখৎলক্নবা আইন্নি. অদুগা লেংদুনতা লৈরিবা পোৎকী আইন অসিগী মপান্তনা পৃথিবী অসি চাওখৎতুন লাকলিবনি. মরম অদুনা "শিবা নাইদ্রবা থরাই" অমা অমুক পুথোকলুবগী দরকার লৈতে।

এঙ্গেলনা হায়খি ঃ— "মহৌশাগী (প্রকৃতি) মশক অসিবু পোৎশক্কী মিৎয়েং অসিদা য়েংবগী অর্থদি, মহৌশাগী (প্রকৃতি) মশক অসিবু করিগুম্বা মাইথুম অমত্তা য়াওহন্দনা, মশানা লৈজরিবা মশক অসিতবু য়েংগদবনি।"

থাইনগী, রাথল—লৌশিং লৈরবা পোৎশক্কী থাজবা মশাদা পকপা হেরাক্লিতসনা হায়খি; মদু দ ঃ— "পৃথিবী অসিদা লৈরিবা পোৎ পুম্নমক অসিগী মঙুংদা অমা ফাওবা কনাগুম্বা ঈশ্বর নত্রগা মীওয়বা অমত্তনা শাদুনা থনম্বা নত্তে, তোই-গুম্বসুং মসিদি হান্নদগী লৈরক্লবনি, হৌজিকসু লৈখিগনি অদুগা তুংদসু লৈরক্কনি মসিদি চাকতুনা লৈরিবা লাম্মে-গুম্বনি, অমুক্না অসুম অসুম চাওখৎলকই, অদুগা অমুক্না অসুম অসুম মুথরকই।" মতাং অসিদা লেনিন্না হায়খি— "হায়রিবা রাকম অসিদি পোৎশক্তা য়াম্নদবা—পুনবা রাথল অসিগী য়াম্না নিংথিনা মশক ফোংদোকপগী শৈহৌবা অমনি।"

(খ) "ভাব" থাজবা রাথল অসিনা, পুকনিং অসিতবু তশেংনা লৈবা অথোয়বা পোৎশকনি হায়না লৌই, অদুগা পোৎশক্কী

ওয়বা পৃথিবী অসিগী মশক অসিদি, মহৌশাগী (প্রকৃতি) মওং ওয়বনা ঐখোনা মিৎনা য়েংবদা উবা, হকচাংদা ফাওবা, রাখলদা পকপা, পুকনিংতদা লৈগদবা মশকনি হায়না লৌই। মার্ক্সিষ্টকি রাখল—লৌশিং পোৎশক্তা থাজবা নিয়ম অসিদি, মসিগা পুমখেন খেন্নৈ। পোৎশক্তা থাজবা নিয়ম অসিনা, মহৌশাগী (প্রকৃতি) মশক, অমস্তুং পোৎশক অদুগা লেংই—পাল্লিবা পোৎ পুন্নমক অসি, ঐখোয়গী পুকনিংগী মপান্দা, মনিংতম্বা তশেংনা লৈরিবা পৃথিবীগী পোৎশকী মওংনি। অদুগা পোৎ হায়বা অসিমক্তবু ঐখোয়গী হকচাংদা ফাওরকলবা রাখলদা অমস্তুং পুকনিংদা খল্লকনবা মরু ওয়বা হৌরকফম অমনি, মরম অদুনা পুকনিং অমস্তুং রাখল অসিদি, য়েংউরগা উরকপা পোৎকী মমি তারকপা অদুগা, লেংই-পাল্লিবা পোৎশিং অসিগী মমি লাকতুনা খংলকপা মওং ওয়বনা কোন্না থোরকপনি। রাখল হায়বা অসিদি পোৎশক্তগী হৌরকপনি, অদুগা মসিনা অদুপকী মতিক চাওখৎলক্লবা মতম অদুদা ঠোপ অসি ওয়রকই, ঠোপ হায়বা অসিদি রাখল খন্নবা খুৎলায় অমনি। মরম অদুনা কনাগুম্বা অমত্তনা রাখল অসিবু পোৎশক্তগী তোঙান্না লৌথোকতুনা থমগনি খল্লবদি মহাক য়াম্না থীনা লানগনি।

এঙ্গেলসনা হায়খি—"রাখল খনবা মওংগা, লেংই পাল্লিবা মশক অসিগা করি মরী লৈনবগে হায়বা রাহৎ, অদুগা মহৌশাগী (প্রকৃতি) মশক অসিগা থরাই অসিগা করি মরী

লৈনবগে হায়বা অসিগনা রাথল লৌশিং অসিগী মরু ওইবা রাফমনি। রাহং অসিদা, রাথল লৌশিং লৈরবা মীওয়শিংনা পাওখুম পিনরকপদা মখোয়গী মনুংদা অচৌবা কেম্প্ অনি থোকনা লৈনরকই। মহৌশা ( প্রকৃতি ) গী মশক অসিদগী, মীওইবগী পুক্নিং অমসুং থরাই অসিনা অহানবনি হায়না লৌবা মীওয়শিং অতুনা "ভাব থাজবা" কেম্পকী মীওয় ওয়রকই। অতুগা মহৌশাগী ( প্রকৃতি ) মশক অসিনা অহানবনি হায়না থনবা মীওয়শিং অসিনা পোৎশক্তা থাজবা রাথলগী স্কুল কয়া অসিদা য়াওরকই।"

অতুগা অমুক্তা—"ঐখোয়না মিৎনা উবা ফংলিবা, ইশাদা ফাওরিবা অতুগা ঐখোয় ইশানা লৈরিবা পৃথিবী অসিতনা, তশেংবা অচুম্বা পোৎশকনি। ঐখোয়গী জ্ঞান অমসুং রাথল লৌশিং অসিদি য়েংবদা য়াম্না কা হেন্না খংবা ওস্বগী শক্তি লৈরবস্নু, মসিদি ঐখোয়গী পোৎশক্কী ওয়বা হকচাং কয়াৎ ওয়রীবা ঠোপ অসিদগী থোরকপা পোৎথোক অমনি। পোৎ অসিদি পুকনিংনা পুথোরকপা পোৎথোক্তি নত্তে অতুগা পুক্নিং অসিনা, পোৎশক অসিগী থরাইদগী অফবা পোৎথোক অতুনি।"

পোৎশক অমসুং রাথল অসিগী রাহং নৈনবদা মাক্স'না হায়খি :—

"রাথলদা খল্লিবা পোৎশক অসিদগী তোঙাম্না, রাথল অসিবু খাইদোকপদি ওয়খোক্তবা থবকনি। ওন্নকপা মশক হায়বা অসিমক্তবু পোৎশক্তগী থোরকপনি।"

মার্ক্সিষ্টকি ৱাখল লৌশিং, পোৎশক্তা থাজবা অসিবু শন- দোকনা তাকলকপদা লেনিন্না হায়খি :—

"পোৎশক্তা থাজবা নিয়ম অসিনা, মশক থোকতুনা তশেংনা লৈরবা লেংই পাল্লিবা (পোৎশক) অসিবু ঐখোয়গী জ্ঞান অমসুং ৱাখল লৌশিং অসিদগী তোঙান্না মনিং তমনা লৈ হায়না লৌই। অদুগা ঐখোয়গী জ্ঞান অমসুং লৌশিং অসিদি লেংই পাল্লিবা মশক অসিগী মমিনি, হায়বদি পোৎকী চপ মান্নবা মওং (চপ চানা শোয়দনা ৱাখলদা থোরকপা) অদুবু মমি তাবদগী থোরকপনি।"

অদুগা অমুক্তা :—

পোৎশক হায়বা অসিদি ঐখোয়গী হকচাং কায়াৎ অসিগা য়েংনরুবদা অমসুং উন্নরুবদা হকচাংদা ফাওরকই, অদুনা পোৎ- শক অসিদি, তশেংনা মশক থোকতুদা লৈরিবা, ঐখোয়গী হকচাংদা ফাওরকতূনা খংহনবা ঙম্বা মশকনি। পোৎশক, মহৌশা (প্রকৃতি) অমসুং লেংই পাল্লিবা পুমনমক অসি মশক থোকপা পোৎ ওয়বা মরম্না, অহানবদা চংগদবা পোৎচংদি মশিনি, অদুগা থৱাই, জ্ঞান অমসুং খংবা ঙমলকপা ৱাখল অসিদি, ৱাখলগী থবকনিনা, কোন্না থোরক্রদবা মওংনি।"

"করম্না পোৎশক অসি ওন্দুনা অমসুং চাওখৎতুনা চৎলি, অদুগা করম্না পোৎশক অসিনা ৱাখন্দা খন্দুনা লৈরি হায়বা শকফম অদুনা, পৃথিবীগী শকফম ওইগদবনি।"

"ঠোপ অসিদি ৱাখল পুথোক্নবা হকচাংগী কায়াৎ অমনি।"

(গ) ভাব থাজবা নিয়ম অসিনা পৃথিবী অসিগী মশক অমস্তুং মহাক্কী নিয়ম ময়াম অসি খংবা ওয়থোক্তে লৌই, অদুগা ঐখোয়গী জ্ঞান অসিনা পুন্নচুম চুম্বা মওং অমা পুথোকপা ঙমই, হায়বা থাজবা ঙমদে, অদুনা মশক থোক-তুনা লৈরিবা অচুম্বা পোৎশক পুন্নমক অসিবু খংবা ঙমগনি হায়বা থাজদে, মরম অসিদগী পৃথিবী অসিদা লৈরিবা পোৎ মশা অসিমক্তবু বিজ্ঞানগী মপান্না খংবা ওয়থোকত্রবা, মশা মথস্তনা লেপতুনা লৈরবা, পোৎশক কয়ানা থন্দুনা লৈ হায়না লৌই। মার্ক্সিষ্টকী রাখল লৌশিং অমস্তুং পোৎশক্তা থাজবা অসিদি মসিগা পুমখেন খেন্নৈ পোৎশক্তা থাজবা নিয়ম অসি-নদি, পৃথিবী অসিগী নিয়ম পুন্নমক অসি লোইনা খংবা ঙমই হায়না লৌই, থবক্তা পান্দুনা য়েংবদা অদুগা ইশানা চপ চানা থেংনদুনা খংউরবা প্রকৃতিগী নিয়ম পুন্নমক অসিদি তশেংনা মশক থোকতুনা লৈরিবা, পোৎশক্তা চান্নদুনা লৈরবা অচুম্বা জ্ঞান ঙাক্তনি হায়না লৌই, মরম অদুনা পৃথিবী অসিদা খংবা ঙম্মরোইদবা পোৎ হায়বা অমা অমুক লৈবা হৌনদে, তৌইগুম্বস্তুং ঐখোয়না হৌজিক ফাওবদা খংউদ্রিবা পোৎশক্তি লৈরি, মদু বিজ্ঞানগী মপান্না, অদুগা ঐখোয়না থিডুনা থবক্তা অমস্তুং পোৎশক্তা পুথোকতুনা নোংমদি শোয়দনা খংউবা ঙমগনি হায়না থাজ্জে।

কান্ট অমস্তুং অতৈ ভাব থাজবশিংনা পুথোক্লম্বা, পৃথিবী অসি খংবা ওয়থোক্তে, অদুগা পৃথিবী অসিদা খংবা ঙম্মরোইদবা,

"মশা মথন্তা লৈবা পোৎশক" কয়া লৈরি হায়বা রাকম অসিবু শেংদোকতুনা পোৎশক্তা থাজবা নিয়ম অসিগী মরু ওয়বা রাকম. ঐখোয়গী জ্ঞান অসি পোৎশকা চান্নবা অচুম্বা জ্ঞান্নি হায়বা অসিবু পুখৎলকপদা এঙ্গেলসনা হায়খি :—

"মথক্কী মওং অসি অমস্তুং অতৈ রাখল লৌশিংগী ভাবনা শাবা রাকম পুন্নমকপু লাল্লি হায়না তাক্লবা উপায়দি, থবক্তা পুখোকপা হায়বদি কারখানাদা অতুগা পোৎশক অতুবু মশক পুখোকতুনা তাকপা অসিতনা উৎকদবনি। মহৌশাগী (প্রকৃতি) মওং অসিদা ঐখোয়না খল্লিবা রাখল অসিবু চপ চানা, অচুম্বা তাকতুনা ইশাগী ওইহন্নবা পুপোকপা ঙমলবা, অতুগা অবস্থা পুন্নমক শেমদুনা, পোৎশক অতুবু পুখোক্তুনা শিজিন্নবা ঙমলবদি, কান্টনা হায়রিবা পোৎকা মশাগী ওয়বা মওং লৈ অতুগা থংবদি ওয়থোক্তে হায়বা অতু অরেম্বা তাগনি। উপাম্বী অমগী মশাদা, অতুগা শা-ভাগী মশাদা য়াওরিবা কায়াৎ অতুগা পোৎচং পুন্নমক অসি মশাগী ওয়বা, থংবদা ওয়থোকত্রবা পোৎ ওয়না লৈনরমই, অতুবু জীব পানবগী কায়াৎ পুন্নমক পুখোকপা ঙম্বা বিজ্ঞান অতু থংঙকপা ঙম্লক-পদদি, পোৎচং অমস্তুং কায়াৎ পুন্নমক অসি অমমম ওয়না লৈরম্বা পোৎশক অতু ঐখোয়না থংবা ঙম্বা পোৎ অমা ওয়ররে, খুদম ওয়না, মাদার পাম্বিদগী আলিজারিন অসি লৌথোক্লগা অঙাংবা মচু শংনবা পোৎ অমা ওয়নরমই, অতুবু আলকাতাদগী য়াম্না হোংনা লায়না অঙাংবা মচু শংনবা পোৎচং

অদু শেম্বা ঙম্নবনিনা ইংখোল কোইদুনা মাদার থানবা অমুক হোৎনরুবগী দরকার লৈরকত্রে। চহি চম্ভম লোমগী মমাংদদি কোপারনিকান্না পুথোকলম্বা, মুমিৎকী অকোয়বদা থরানমিচাক কয়ামরুম লৈদুনা লৈ, হায়বা নিয়ম অসি অচুম্বা ওয়না লৌনরমদে রাখলনা শাবা রাফম ওয়না লৌনরমই, মসিবু অচুম্বা অমা ওয়রমগনি হায়বা অসি মী চামগী মম্নুংদা অমা ফাওবা খল্লমদে অদুনা থাজনরমদে। তৌইগুম্বস্নুং লেভেরিয়ারনা নিয়ম অসিগী মথাদা মশক খংদ্রিবা থরানমিচাক অমা লৈরি হায়দুনা, স্বর্গ অসিদা থরানমিচাক অসিনা লৈর-গদবা জাগাদি মক্কম অসিরাইদা ওয়গনি হায়না হিসাব অমা পীরমই, অদুগা গ্যালেনা অসিগুম্বা থরানমিচাক অসিবু মমৈদা মশক পুথোকতুনা কোপরনিকাগী নিয়ম অচুম্বনি হায়না প্রমান পুথোকপা ঙমখি।"

বোগদানভ., বাজারভ, য়ুশকেভিচ অদুগা অতৈ মাথকি মতুং ইনবা লাই থাজবা রাখল পূম্নমকপু অরানবনি তাকতুনা পোৎশক্তা থাজবা রাখল অসিগী মরু ওয়বা মওং হায়রবদি ঐখোয়গী বিজ্ঞানিক ওয়বা মহৌশাগী (প্রকৃতি) মশক অসিগী আইন অসি অচুম্বা জ্ঞান ওাকনি অদুগা বিজ্ঞান আইন অসিত্তবু অচুম্বা পোৎশকী মশক অদুবু পুথোকপনি হায়না পুথৎলকপদা লেনিন্না হায়খি:—

"হৌজিক মতমগী লাই থাজবা নিতি অসিদি, বিজ্ঞানবু পূময়া য়াদবদি তৌত্রে, অদুগা বিজ্ঞান্না য়াম্না "হেন্না খংবা

ওম্বগী শক্তি নৈ," লৌশিং নৈ অতুগা পোৎশকী অচুম্বা মশক তাকপা ওম্মী, হায়বসি মথোয়না হৌজিক ফাওবদা য়াদে। পোৎশক থাজবা মীওয়না খল্লিবা, পোৎশকী অচুম্বা নৈ হায়বা অসিনা তশেংহনবা ওল্লবা অতুগা মীওইবগী য়াখলদা মপান-থোংগী পৃথিবী অসিগী মশক অসি থংওকতুনা মহৌশাগী (প্রকৃতি) মশক অসিগী বিজ্ঞান্না পোৎশকী অচুম্বা অসিবু তাকপা ওমলবদি লাই থাজবা য়াখল পুন্নমক অসি লোয়না ককথৎলকপা ওমগনি।"

মথক্কী মওং খরা অসিনা মার্ক্সিষ্টকী পোৎশক্তা থাজবা য়াখল অতুগী মরু ওয়বা মশকনি।

পোৎশক্তা থাজবা য়াখল অসিগী নিতি অসিনা সমাজগী ইতিহাস অসি পুথোকপদা শিজিন্নরবদি কয়াদা কান্নবা মশক অমা ওইগদবনো, অতুগা অসিগুম্বা নিতিশিং অসি সমাজগী ইতিহাসতা পান্দুনা খুৎ তৎলবা মীওয়বগী পার্টি অসিগী থবক্তা শিজিন্নরবদি, কয়াদা কান্নগবনো হায়বা অতু হৌজিক্তি য়াম্না লায়না ভাব তাবা ওমলে।

মহৌশাগী (প্রকৃতি) মশক অসিদা পোৎ খুদিংমক অমগা অমগা মরী নৈনৈ অতুগা অমনা অমগী মশক থোরক-বগী মরুনি, হায়বা অসিনা মহৌশাগী আইন ওইরবদি, সমাজগী পূনসি অসিদসু পোৎশক খুদিংমক, অমগা অমগা লোয়না মরী নৈনৈ অতুগা অমনা অমগী থোরকনবগী মরুনি, হায়বা অসিনা সমাজ চাওখৎলকপগী আইন্নি, অতনা সমাজ চাওখৎ-

লকপগী আইন অসি হেক্তা তান চাবদগী থোরকপা নত্তে।

মরম অসিদগী সমাজগী পুনসি অদুগা মসাজগী ইতিহাস অসি "থোদোক" খরা থোমজিন্দুনা ওয়রক্কদবা নত্তে, মসিদি আইন অমগী মথাদা চাং নাইনা চাওখৎলকপা সমাজগী ইতিহাস অদু ওইগদবনি, অদুনা সমাজগী ইতিহাস অসি খংবা তারবদি, বিজ্ঞান অমা ওয়না খংগদবনি।

মরম অদুনা, খুৎ তৎলবা মীওয়বগী পার্টি অসিনা থবক চথরকপদা "হৈ শিংবা মীওয়" খরগী নিংঙকপা ইচ্ছা য়েংদুনা চৎলোইদবনি, অদুগা রাখলনা হুমদুনা পুবা, ধর্ম্মদা লমজিংবা মওং পূম্নমক অসিনা পুগদবা নত্তে, মহাক্কী থবক অসিদি সমাজগী চাওখৎলকপা আইন অদুগা অসিগুম্বা আইন অসিবু মুন্না য়েংদুনা থবক চৎথগদবনি।

অমুক্কা, পৃথিবীগী মশক অসিনা খংবদা ওয়থোকলবা অদুগা মহৌশাগী (প্রকৃতি) মশক অসিনা চাওখৎলকপগী আইনশিং অসিগী মরীদা, লৈরিবা ঐথোয়গী জ্ঞান অসিনা অচুম্বা জ্ঞান ওয়দুনা, লৈরিবা পোৎশক পূম্নমক অসিগা চপ মান্নবা, অদু ওয়রবদি, সমাজগী পুনসি অদুগা সমাজ অসিনা চাওখৎলকপগী মওং অসিসু ঐখোনা খংবা ওয়থোকপা মশক অমনি, অদুগা সমাজ অসিনা চাপথৎলকপগী আইন অসিদা বিজ্ঞান্না মওং তাকলিবা অসিসু, লৈরিবা পোৎশক অসিগা চান্নবা অচুম্বা মওং অদু শোয়দনা ওয়গনি।

মরম অসিনা সমাজগী ইতিহাস অসিগী মরীদা লৈরিবা

বিজ্ঞান অসি, সমাজগী পূনসিগী চয়েং খোয়েংনবা শকফম কয়া থোকতুনস্থ শোয়দনা অচুম্বা বিজ্ঞান অমা ওয়বা ঙমগনি। মতুগী খুদমদি, বাইওলোজী (জীব পানবগী বিজ্ঞান) অসিনা সমাজগী চাওখৎপগী আইন অসিদা শিজিন্নহুনা থবক্তা কয়া পুথোকতুনা উৎপা ঙমলি।

মরম অদুনা, খুৎ তৎলবা মীওয়গী পার্টি অসিদি, মহাক্কী থবক্কী লম্বীদা থংহৌদনা ইহৌরকপা রাখলনা লমজিংহল-লোইদবনি, তৌইগুম্বস্নুং সমাজগী চাওখৎলকপগী আইনশিং অসিনা লমজিং ওয়দুনা, থবক্তা আইনশিং অসিদগী নিয়ম লৌ—লৌদুনা চথগদবনি।

মরম অসিনা, অনৌবা সমাজ সোসিয়েলিজম হায়বা মীওয়বগী তুংগী মুঙায়বা পুন্সি অমা ওয়রকনি হায়বা মওং ওয়না লৈরম্বা অদু হৌজিক্তি অশেংবা বিজ্ঞান অমা ওয়ররে।

অদুনা, বিজ্ঞান অসিগা, তৌথোরকপা থবক্কা চান্নহনবা অদুগা রাখলগা থবক্কা অনিগী মরক্তা অপূনবা মওং পুরকপা অসিনা খুৎ তৎলবা কাংলুপ আসিগী পার্টিবু লমজিংনবা নিতি ওয়হনগদবনি।

অমুক্কা, মহৌশাগী (প্রকৃতি) মশক অসিনা, মশক থোকপা পৃথিবী অসি ওয়বা মরমনা অহানবনি, অদুগা পুকনিং অমস্নুং রাথল হায়বা অসিনা, য়েংউরগা থংঙকপা মথংদা থোরক্কদবা মওংনি, মশক থোকপা পৃথিবী অসিনা, মীওয়বগী পুকনিংগী রাংমদা মনিং তম্বা তশেংনা মশক নাইনা লৈরিবা পোৎ

পুম্নমক অসিবু মহুৎ শিল্লি, অদুগা পুনিং অসিদি মশক নাইদুনা, তশেংনা লৈরিবা শকফম অসিবু শকতম লৌবতনি, অদুনা সমাজগী পুন্সি অসিদা মশক থোকনা লৈনরিবা ফিভম অসিনা, অহানবা ওয়গনি অদুগা মহাক্কী রাখলগী পুন্সি মওং অসিনা মথংদা ওয়রক্কদবা ফিভমনি। অদুনা সমাজগী মশক থোকতুনা লৈরিবা পুন্সি অসিগী অবস্থানা, মীওয়বগী আশাগী রাংমদা মনিং তমনা মশক নাইনা থোকইবা অচুম্বা ফিভমনি, অদুগা সমাজগী মমুংদা লৈনরিবা রাখলগী পুন্সি অসিদি, থোকলিবা অচুম্বা শকফম অদুগা হিংনরিবা মওং অদুবু রাখলনা মশক পুথোকপদনি।

মরম অদুনা সমাজগী মমুংদা রাখলগী পুন্সি অমা থোরক-ইবা অসিগী হৌরকফমদি, হায়বদি, সমাজগী ওয়বা রাখল, সমাজগী ওয়বা থীওরী, রাজনিতিগী মত অদুগা রাজনিতিগী তম্ফম শং পুম্নমক অসিগী হৌরকফম অসি, হায়রিবা রাখল, থীওরী, মত অদুগা রাজনিতিগী তম্ফম শং অদুদা য়েংদুনা থিগদবা নত্তে, তৌইগুম্বস্নুং সমাজগী মশক থোকপা পুন্সি অদুগী অবস্থা অদুগা সমাজগী হিংনরিবা মওং অদু য়েংদুনা পুথোক্কদবনি, মরমদি রাখল, থিওরী, অদুগা মত অসিনচিংবা অসিদি, অবস্থা অদুগী মওংবু রাখলনা পুথোকপতনি।

অদুগা সমাজগী ইতিহাস অসিদস্মু থেন্ন—থেন্নবা মতম অদুগী মতুং ইন্না থেন্ন—থেন্নবা রাখল, নিতি, মত অমস্নুং রাজনিতি তম্ফমশং লৈনৈ, হায়বদি, মিনাই নাইথাং লৈনবা

সমাজগী নিয়ম অদুগী মথাদা ঐথোয়না। মতম অদুগী চৎনরিবা রাথল, নিতি, মত, রাজনিতি তম্ফমশংগী মওং অমা উবা ফংই, অদুগা নিংথৌ—পানবা সমাজগী মওং অদুদনা অতোপ্পা মওং অমা অমুক উবা ফংই, শেনজাও পায়বা সমাজ অসি লাক্লগনা, অতোপ্পা মওং অমদং অমুক ওয়রকই, মওং পুম্নমক অসি মতম মতম অদুগী রাথল, নিতি, মত অদুগা রাজনিতি তম্ফম-শংশিং অদুগী "মশক" অদুবু ফজে ফজদে হায়না মরম থিগদবা নত্তে, তৌইগুম্বস্নুং মওং অসিদি সমাজগী চাওখৎলকপদা, খেন্ন-খেন্নবা মতম অদুগী মতুং ইন্না, খেন্ন—খেন্নবা অবস্থা মওং অদুদা মশক থোকতুনা ফোংদোরকপা সমাজগী পুন্সি অদুগী খেন্নবা অবস্থা অদুনা শন্দোক্লা তাক্লদবনি।

সমাজগী হিংনরিবা মওং অদুনা করম্না লৈনবগে, অদুগা সমাজগী মশক থোকতুনা লৈরিবা অবস্থা অদুদা করম্না হিংদুনা লৈনবগে হায়বা অসিনা সমাজ অদুগী, রাথল, নিতি, রাজ-নিতিগী মত, অদুগা রাজনিতিগী তম্ফমশং অদুগী মশক অদুবু পুথোকই।

মার্ক্স্না মসিগী মরীদা হায়খি :—"মীওইবগী জ্ঞান অসিনা মথোয়গী হিংইবা অবস্থা অসি লেপ্পা নত্তে, তৌইগুম্বস্নুং মদুগী ওন্ন-তৈনবদা, মথোয়গী সমাজগী হিংনরিবা মওং অদুনা, মথোয়গী জ্ঞান অদু লেপলকপনি।"

মরম অদুনা, নিতিদা অশোয়বা মওং য়াওহল্লোয় থল্লবদি, অদুগা অতনবা মং মংদুনা লৈবা শকফম অদু লৌম্নোই থল্লবদি,

খুৎ তৎলবা মীওয়বগী পার্টি অসিনা মহাক্কী থবক্তা কদৌষ্ঠৈ-দস্থ থবক্তগী খায়দোক্লবা "মীওয়বগী ৱাথলত্তনা শাবা মরম অতুনা নিতি ওয়না" শিজিন্নতুনা চৎলোইদবনি, তৌইগুম্বস্থ, সমাজগী তশেংনা মশক থোক্লিবা পুন্সি অতুগী অবস্থা অচুম্বা অতুনা, সমাজগী চাওখৎলক্লবগী শক্তি ওয়না লৌতুনা থবক চত্থগদবনি। "অচৌ—অশাং অমস্থং অহৈ অশিং মীওয়" থরগী থৌজান ভায়তুনা থবক তৌগদবা নত্তে, সমাজগী মশক থোক্লা লৈরিবা পুন্সি অসিগী চাওখৎলক্লবা মওংদা য়াম্না মরু ওয়না দরকার ওয়রবা পোৎচং অতুদা য়েংতুনা থবক চত্থগদবনি।

ৱাথলদা আশাদমক পুবা দলশিং হায়বদি, নারোদনিক্স, এনারকিষ্ট অমস্থং সোসিয়েলিষ্ট রিভোলুশনারী অসিনা লৈথা তাখিবগী মরমদি মরু ওয়না, মখোইনা সমাজগী চাওখৎ-লকনবা হোৎনবা মতাংদা, সাজগী মশক থোকতুনা লৈরিবা পুনসি অসিগী অবস্থা অসিনা মরু ওয়খরবা মচাক অমা ওয়রি হায়বা অসি খংবা ওমদে অতুনা মখোয়না ভাবনা শাবা ৱাথলনা লমজিংতুনা, মখোয়গী থবক্তা সমাজগী মশক থোকতুনা লৈরিবা ফিভম অসিদা চাওখৎলক্লবা পোৎচং অতু থিতুনা হোৎনদে, তৌইগুম্বস্থং দরকারগী পোৎচং পুম্নমক হুন্দোকতুনা; মনিং তৌনা " অচৌ—অচৌবা থৌরাং" কয়া পুথোকতুনা অতুগা "অমুক্তদা শীনবা থুংনা নিত্তি পুথোকতুনা" সমাজগী তশেংবা পুন্সি অসিগা মরী শম্নহন্দনা থবক তৌবা হৌরকই।

মার্ক্সিজম—লেনিনিজমগী নিতি অসিনা শক্তি কয়া অচুম্বা

মশক লৌতুনা লৈরিবগী মরমদি, নিতি অসিনা মহাক্কী থবক চৎথরকপা মতমদা সমাজগা মশক থোকতুনা লৈরিবা পুন্সি অসিগী চাওখৎলক্লবা দরকার পোৎচং অদু পুথোকতুনা থবক তৌই অদুগা কৈদৌঙৈদসু সমাজগী তশেংবা পুন্সি অসিদগী নোংমত্তা থাব্রদোকতুনা চৎস্তে।

অদুম ওয়নমক সমাজগী রাথল, নিতি, রাজনিতিগী মত অদুগা রাজনিতিগী তম্ফমশংশিং অসিনা সমাজগী পুন্সি অসিদা করিগুম্বা কান্নবা মচাক অমত্তা ওয়দে, অদুগা মখোয় অসিনা সমাজগী পুন্সি অসিদা থোকইবা অবস্থা অদুগী চাওখৎলক্লবা নত্রগা, সমাজগী হিংনরিবা মওং অদুবু ওল্লক্লবা ফিভম শেম্মক্তে হায়না মার্ক্সনা হায়রম্বদি নত্তে। ঐখোয়না হায়নরকপদি. সমাজগী রাথল অসিগী হৌরকফম, অদুগা নিতি, মত অমসুং রাজনিতিগী তম্ফমশং অসিগী হৌরকপা মওং হায়বদি সমাজগী রাথলগী পুন্সি অসিদি মশক থোঁকতুনা লৈরিবা পুন্সি অসিগী অবস্থা অদুবু রাথলদা ফোংদোরকপতনি হায়না তাকললকপনি। অদুগা সমাজগী রাথল, নিতি, মত অদুগা রাজনিতি তম্ফমশং অসিগী কান্নবা মচাক হায়বদি, ইতিহাসকি মনুংদা মখোয়গী শরুক অসিদি, ইতিহাসপু পোৎশকতা থাজবা মওং অসিনা, মখোয়গী শরুক য়াওদে, হায়বা নত্তনা মরু ওয়না সমাজগী পুন্সি অসিগী ইতিহাসতা অসিগুম্বা পোৎচং পুন্নমক অসিনা য়াম্না মরু ওয়বা শরুক অমা লৌতুনা তত্তনা য়াওগদবনি হায়না তাকলি।

সমাজগী রাথল মওং অমস্তুং নিতি অ'স মখল কয়ামরুম থোকনা লৈ। মমাংঙৈগী ওয়বা অরিবা রাথল মওং অমস্তুং নিতি হায়বা কয়াস্থু লৈ। মখোয় অতুদি, মখোয়গী মতম অতু হেন্না লৈরকতুনা সমাজগী শিথরক্লবা শক্তি অতুগী স্বার্থ ঙাকতুনা লৈ। মখোয় অসিগী মওং অতুদি সমাজগী চাওখৎলকপা খোংচৎ অসিদা তস্তুনা অকায়বা পীতুনা লৈ। অতুগা অনৌবা অমস্তুং চাওখৎলবা রাথল মওং অমস্তুং নিতি কয়াস্থু লৈ, মখোয় অতুনা সমাজগী চাওখৎলক্লিবা শক্তি অতুবু মতম পুন্নমক্তা ঙাক শেন্দুনা চৎলি। মখোয় অসিগী মকু ওয়বা মশক্তি সমাজ অসিগী চাওখৎলকনবা অমস্তুং ফগৎলকনবা মওংদা তস্তুনা মতেং পীতুনা লৈ, অতুগা মখোয় অসিনা সমাজগী মশক পোক্তুনা লৈরিবা পুনসি অসিগী চাওখৎলক্লবা দরকারগী পোৎচং অতুবু অতুকী মতিক চেকশিন্না পুথোকপা ঙমলিবা মথৈ, মখোয় অসিগী মশকস্থু অস্তুম শেংঙকপা হেল্লকই।

অনৌবা সমাজগী রাথল মওং অমস্তুং নিতি অসিদি সমাজগী মশক থোকতুনা লৈরিবা পুনসি অসিদা চাওখৎলকপা মওং থোকতুনা সমাজ অতুগী অনৌবা পাংথোক্কদবা থবক অতু লাকলবা মতমদদা থোরক্কদবনি। অতুগা অমুকপু থোরকপা হোৎ-নবদি, মখোই অসিনা সমাজগী মশক থোকতুনা লৈরিবা পুনসি অসিনা চাওখৎলকপদা অনৌবা থবক কয়া থোরকপা পুন্নমক পাংথোরকপদা থরাইদগী অচৌবা শক্তি অমা ওয়না মতেং পীরৈ, অতুগা সমাজগী চাওখৎলকনবা মওং অতুবুস্থু মতেং পাংবা

শক্তি অমা ওয়রৈ। অসিগুম্বা মতাং অসিদা, অনৌবা রাখল মওং, অনৌবা নিতি, অনৌবা রাজনিতিগী মত অদুগা অনৌবা রাজনিতিগী তক্ষমশং অসিনা কয়া য়াম্না শক্তি লৈনা শাগৎ-লকপগী থবক, থোমজিনবা ওম্বগী শক্তি, অদুগা মশক ওন-থোকলকপা ওম্বগী থৌরাং পূম্নমক অসিবু পাংথোকপা ওম্বগী কান্নবা মশক অদু উৎলকই। অনৌবা সমাজগী রাখল মওং অদুগা নিতি হায়বা অসিতবু সমাজদা দরকার ওয়রকপা মরম-দগী থোরকইবনি। হায়বদি, মথোয় অসিগী শাগৎপা ওম্বগী শক্তি, থোমজিনবা ওম্বগী রাখল অদুগা মশক ওনথোকহল-লকপা ওম্বগী থৌরাং অদু য়াওব্রবদি সমাজগী মশক থোক্তুনা লৈরিবা পূনসি অসিদা. চাওখৎলকপা অবস্থা অদুগী অনৌবা থবকশিং অদু পাংথোকপা ওইথোরক্তে। সমাজগী মশক থোক-তুনা লৈরিবা পূনসি অসিদা চাওখৎলকপা মওংদগী অনৌবা পাংথোক্নদবা থবক থোরকতুনা অনৌবা সমাজগী রাখল মওং অদুগা নিতিগী শক্তি অসিনা, মীয়ামদা চংশিল্লকতুনা, মপোয়বু শাগৎলগা অমস্তুং নিংথিনা থোমজিল্লগা, শিথরক্লবা সমাজগী শক্তি পুম্নমকপু থেংনবা হৌরকই, অস্তুম্না, সমাজগী মশক থোকপা পূনসি অসিগী চাওখৎলকপদা অপনবা পীরগদবা শক্তি পুম্নমক অসিবু, মাংহনখিনবা লম্বী শিল্লকই।

মরম অদুনা সমাজগী মওং, নিতি অদুগা রাজনিতি তম-ক্ষমশং অসিনা সমাজগী মশক থোকতুনা লৈরিবা পূনসি অসিগী চাওখৎলকনবা অদুগা সমাজগী হিংনরিবা মওং মশা অসিদগী

অথুবা হিরম কয়া লৈত্তুনা থোরকলগা, সমাজগী মশক থোক-তুনা লৈরিবা পূনসি অদুগা সমাজগী হিংনরিবা অবস্থা মওং অসিদা মখোয়না অমুক্কা চংশিল্লকতুনা সমাজগী মশক থোকতুনা লৈরিবা পূনসি অসিগী, অথুবা থবক পুন্নমক অদু মপুং ফানা পাংথোক্লবা দরকার ওয়বা মওং লোইনা শেমগৎলকই, অদুগা অমুক হন্না সমাজবু চাওখৎলক্লবা লম্বী শিল্লকই।

মসিগী মরীদা মাক্স'না হায়খি ঃ—

"নিত্তি হায়বা অসিদি, মীয়াম্বু হেক ফাবা ওন্নকপগা, মশক থোকপা শক্তি অমা ওয়রকই।"

মরম অদুনা খুৎ তৎলবা মীওয়বগী পার্টি অসিনা সমাজগী মশক থোকতুনা লৈরিবা পূনসি অসিগী অবস্থা অসিবু পুখৎ-লকপা ওন্নবা, অদুগা সমাজগী ফিভম অসিবু চাওখৎহল্লক্লবা অমম্ভুং ফগৎহল্লক্লবা লম্বী শেম্বা ওন্নবা, মশাদা সমাজগী মশক থোকতুনা লৈরিবা পূনসি অসিগী চাওখৎলকপদা দরকার ওয়বা পোৎচং পুন্নমক চুন্না রাখলদা পকহন্দুনা, সমাজগী নিত্তি অদুগা সমাজগী রাখল মওং অদুবু পুথোক্লদবনি, মদুগী মপাস্তনা, পাকলবা মীয়াম পুন্নমক অসিবু লোইনা লেংহন্দুনা মখোয়বু খোম্মগা খুৎ তৎলবা পার্টি অসিগী অচৌবা লান্মী অমা ওয়না শাগৎকদবনি। মদুগী মপান্তনা মতমগা চুনদ্রবা ফত্তবা শক্তি পুন্নমকপু মাংহন্দুনা সমাজগী শক্তি পুন্নমক চাওখৎহল্লকনবা লম্বী শেংদোরক্কদবনি।

"ইকোনোমিষ্ট" অমস্তুং মেনসেভিক দলশিংনা লৈখা তাখিবগী মরু ওয়বা মরমদি, দলশিং অসিনা থাক রাংবা অফবা নিতি, অদুগা থাক রাংলবা রাখলগী মওং অসিনা খোমজিনবা ওস্বগী শক্তি, শাগৎশা ওস্বগী শক্তি অদুগা মশক ওস্থোকহল্লকপা ওস্বগী থৌরাং অমা পূরকপা ওন্মী হায়বা অসি থাজবা ওমদে, অদুনা পোৎশক্কী রাখল থাজবা অসিবু ইচম চম্না লৌথোকখিদুনা, রাখলগী শক্তি অসিগী কান্নবা মচাক লোয়না মাংহনখি, অদুনা পার্টি অসিবু চাওখৎতবা অমস্তুং থবক তৌনিংদবা মওংদা লৈখা তাহনখি।

মার্ক্সিজম—লেনিনিজম অসিগী অকনবা শক্তি অমস্তুং অচুম্বা মওং লৈরিবা অসিগী মরমদি, মসিনা সমাজগী মশক থোকতুনা লৈরিবা পুন্সি অসিগী চাওখৎলকপা লম্বীদা, দরকার ওয়বা পোৎচং পুন্নমক শেংনা রাখলদা লৌদুনা, থাক রাংলবা নিতি পুথোরকই, অদুগা, অসিগুম্বা নিতি অসিবু চাওখৎলবা মওংদা পুখৎলকতুনা, মহাক্কী মথৌ ওয়না খোমজিল-লকপগী থবক, শেমগৎ শাগৎলকপগী থবক অদুগা মশক ওস্থোকহল্লকবা থৌরাং পুন্নমক অসি, নিতিগী কান্নবা শক্তি লোয়না শিজিন্নদুনা থবক্তা পুখৎলকই।

সমাজগী হিংনরিবা মওং অসিগা অমস্তুং সমাজগী জ্ঞান, অনি অসিগী মরক্তা করি মরী লৈনবা অদুগা মশক থোকতুনা লৈরিবা পুন্সি অসিগী চাওখৎলকপা অবস্থা অসিগা অমস্তুং সমাজগী রাখলগী পুন্সি অসি চাওখৎলকপগী মওংগা, অনি

অসিগী মরক্তা করি মরী লৈনবগে হায়বা য়াহং অসিদা, ইতিহাসপু পোৎশক্তা থাজবা নিয়ম অসিনা খুন্না পাওখুমদি মথক্তা হায়খরিবা অদুনি।

# ইতিহাসপু পোৎশক্তা থাজবা

( মশক থোকতুনা লৈরিব অবস্থাদা থাজবা। )

হৌজিক্তি মখাগী য়াহং খরা অসি য়াম্না শেংনা পাওখুম পীবা দরকারনি :—

ইতিহাসপু পোৎশক্তা থাজবা অসিগী য়াখলদা "সমাজগী মশক থোকতুনা লৈরিবা পুন্সি অসিগী অবস্থা" হায়বা অসিতনা, সমাজগী মশক অমসুং সমাজগী ওয়বা য়াখল মওং, মত, য়াজনিতিগী তফমশং অসিনচিংবা পুন্নমক অসিবু মশক লেপ্লকই, হায়রিবা অসিগী অর্থ করিনো ?

"সমাজগী মশক থোকতুনা লৈরিবা পুন্সি অসিগী অবস্থা" অসিবু করিনো, অদুগা মহাক্কী মরু ওয়বা শকফম অদুনা করিনো ?

"সমাজগী মশক থোকতুনা লৈরিবা পুন্সি অসিগী অবস্থা" হায়বা য়াফম অসিগী মনুংদা ইহান হানবদা সমাজ অসিবু পুমকোই কোইশিন্দুনা লৈরিবা মহৌশাগী ( প্রকৃতি ) মশক হায়বদি, মহৌশাগী ওয়বা লম—তুগী মওং অসিবু থংহল্লি, মরমদি মহৌশাগী লম-তুগী ফিভম অসিনা, সমাজগী মশক থোকতুনা লৈরিবা পুন্সি অসিগী অবস্থা অসিগা থান্নবা য়াদনা

তত্তনা লৈমিন্নগদবনি, অদুনা সমাজগী চাওখৎলকপা মওং অদুবুস্মু শোয়দনা মতেং পাংই। অদু ওয়রবদি, মহৌশাগী লম-তুগী অবস্থা অসিনা সমাজগী চাওখৎলক্লবা মওংদা করি মতেং পীবগে? অদুগা মহৌশাগী লম-তুগী অবস্থা অসিনা সমাজগী মশক অসি লেপ্লকপদা অদুগা মীওয়বগী সমাজগী মওং লেপ্লকপদা অমস্তুং সমাজ মওং অমদগী অতোপ্পা মওং অমদা ওন্‌হল্লকপদা খরাইদগী মরু ওয়বা পোৎচং অমা ওয়রকপরা?

ইতিহাসপূ পোৎশক্তা থাজবা নিয়ম অসিনা রাহং পুন্নমক অসিবু, নত্তে হায়না পাওখুম পী।

অদুম ওয়নমক, সমাজগী লমতুগী অবস্থা অসিনা, তত্তনা সমাজগী চাওখৎলক্লবা অবস্থা অসিগা থান্নবা লৈতনা মতেং পাংদুনা লৈ, অদুগা সমাজগী চাওখৎলক্লবা লম্বীদস্তু মতেং পীদুনা চৎলি, অদুদা নত্তনা সমাজগী চাওখৎলক্লবা মওং অদুবুস্মু থিংদুনা থম্বা ওন্সী। তোইগুম্বস্তুং মহাক্কী শক্তি অসিদি য়াম্না মরু ওয়বা, মশক হেক থোকহনবা ওম্বা শক্তি অদুদি নত্তে, মরমদি, সমাজগী ওল্লকপা মওং অমস্তুং চাওখৎ-লকপা অবস্থা অসিদি, মহৌশাগী লম-তুগী অবস্থা অসিগী ওল্লকপা অমস্তুং চাওখৎলকপা মওং অদুদগী হেন্না য়াংনা অমস্তুং থুনা চৎখৎখিবা হেল্লি। চহি লিশিং অহুমলোম অসিগী মমুংদা, ইউরোপ মহাদেশ অসিদা থাইনগী পুন্না—পানবা সমাজগী মওং (প্রিমিটিভ কম্যুনেল শিসতেম), মীনাই নাইথাং

থম্বা নিয়ম, অদুগা নিংথৌ পানবা সমাজগী মওং হায়বা সমাজগী নিয়ম মথল অহুমথক অমনা অমবু শিন্নদুনা থংন-থংনবা মশক ওনথরে। ইউরোপকী নোংপোক থংবা শরুক হায়বদি, ইউ, এস, এস, আর, (রুসিয়া) অসিদদি সমাজগী নিয়ম মরি থংন—থংননা, অমনা অমবু মহুৎ শিন্দুনা ওনথরে। অদুম ওয়নমক্, ইউরোপ মহাদেশ অসিগী মহৌশাগী ওয়বা লম তুগী মওং অদুদি শুকওনবু ওনখিদে, নত্রগা ওল্লম্বা থোক্লগস্থ অম্বুক্কী মতিক য়ামদনা ওনখি, অদুদি, মহৌশাগী লম-তুগী মওং অদুদা করিস্থ খংবা ঙমদে। অদুনা মসিদি মশানা তাজবনি। মহৌশাগী লম-তুগী অবস্থা অসিদা মশক শেংনা ওল্লে হায়না থংবা তারবদি, চহি কোটি কয়া কয়া চংশদবনি, অদুগা চহি লিশিং কয়া অমস্থং চা- কয়াগী মমুংদদি, মীওয়বগী সমাজ অসিদদি মরু ওয়বা নিয়ম কয়া ওল্লকতুনা লাক্লি।

মরম অসিদগী মহৌশাগী লম-তুগী অবস্থা অসিনা সমাজগী চাওখৎলকপগী মরু ওয়বা মশক থোকহল্লকপা ঙম্বগী শক্তি অদুদি ওয়ত্রে মরমদি চহি লিশিং কয়া কয়াগী মন্থুংদা মশক পুমওন ওন্দবা নিয়ম অসিনা চহি চামগী মমুংদা মশক পুমওন ওন্দুনা চৎলিবা সমাজ অসিগী চাওখৎলক্লবা মরু ওয়বা পোৎচংদি ওয়বা য়াবা হৌনদে।

অদুগা অমুক্কা, "সমাজগী মশক থোকতুনা লৈরিবা পুনসি অসিগী অবস্থা" হায়বা রাফম অসিদা, প্রজাগী মশিং য়ামথৎ-লকপা অদুগা মীগী মশিং হেনগৎলকপা নত্রগা হেনগৎলক্লবা

ফিভম অসি শোয়দনা য়াওফম থোকই। মরমদি, সমাজগী মশক থোকতুনা লৈরিবা পূনসি অসিগী অবস্থা মন্নুং অসিদা প্রজা হায়বা অসিনা মরু ওয়বা পোৎচং অমা ওয়রিবনি, হায়বদি, মাতিক চানা মীওয় খর থোরকত্রবদি সমাজগী মশক থোকপা পূনশি থোরকপা য়াবা হৌনদে। মরম অসিদগী, প্রজাগী মশীং য়ামথোরকপনা, মীওয়বগী সমাজ মওং অসিগী মশক লেপলকনবগী মরু ওয়বা পোৎচংনি হায়বা য়াবরা ?

ইতিহাসপু পোৎশক্তা থাজবা নিয়ম অসিনদি রাহং অসি-বুস্থ য়াদে হায়না পাওখুম পী।

অদুম ওয়নমক, প্রজাগী মশীং হেনগৎলকপনা সমাজগী চাওখৎলকপা মওং অসিবু মতেং পাংই, নত্রগা সমাজগী চাওখৎ-লকপা মওং অসিবু মতেং পাংই, নত্রগা সমাজগী চাওখৎলকপা অসিদা অপনবা পীরৈ; তৌইগুম্বস্নুং মসিনা সমাজগী চাওখৎ-লক্লবগী মরু ওয়বা পোৎচংদি নত্তে, অদুগা মসিনা সমাজগী চাওখৎলক্লবা লম্বীদা মতেং পীরিবা অসিস্নু তশেংনা, মরু ওয়খরবা মতেংদি নত্তে, মরমদি, প্রজা মশিং হেনগৎলকপা অসি মশা মথন্তনা, করিগুম্বা সমাজ অমদগী অসিগুম্বা সমাজ মশক অমদা, অদুগা অসিগুম্বা অনৌবা মওং অমদা শোয়দনা ওল্লকদবনি, অতৈ অতোপ্পা মওং অমদা ওনখিরোইদবনি, হায়বা রাহং অসিবু পাওখুম পীনবা মচাক অদুদি, মশাদা য়াওদে। মসিনা থাইনগী পুম্না পুম্না পানবা সমাজ মওং অদুদদি, মীনাই—নাইথাং নাইবা সমাজ অদুনা মহুৎ শিল্লক-

কদবনি, মীনাই-নাইথাং নাইবদগী নিংথৌ পানবা সমাজ লাক্কদবনি, নিংথৌ পানবা সমাজদগী ইনাকখুনবা (বুর্জোয়া) সমাজ লাক্কদবনি, অতৈ, নিয়ম কায়না অতোপ্পা মওংদা লাক্কদবা নত্তে, হায়বা অসিগী মরমদা পাওথুম পীবা ঙমদে।

মীওয় মশিং হেনগৎলকপনা, সমাজগী চাওখৎলকপগী মওং থোরক্লবগী মরু ওয়বা পোৎচংনি হায়না লৌরসি, অতু ওয়রবদি, প্রজা মশিং য়াম্না লৈরিবা দেশশিং অতুনা শোয়দনা সমাজগী নিয়মদস্থু চাওখৎলবা অমত্তুং থাক—চাংলবা মওং অমা ওয়ফম থোকই। অতুবু ঐখোয়না মওং অসিদি উবা ফংদে। চীনা লৈবাক অসিগী প্রজাগী মশিংদি আমেরিকাদা লৈরিবা প্রজা মশীংদগী শরুক মরি হেন্না লৈ, অতুম ওয়মক আমেরিকা অসিনদি, সমাজগী চাওখৎপা ফিভমদি, চীনাগী লৈরিবা থাক অতুদগী হেন্না লৈ, মরমদি চীনাদা হৌজিক ফাওবা নিংথৌ পানবা সমাজগী মথাক লৈহৌরি, অতুগা আমেরিকাদদি য়াম্না হান্না শেনজাও পায়বগী সমাজ মওং অতুদা চাওখৎতুনা লৈখরে। বেলজিয়ম লৈবাক অসিদা লৈনরিবা মীওয় মশিংদি, আমেরিকাদা লৈনরিবা মীওয় মশীং অতুদগী শরুক তরামাপল হেন্না লৈ, অতুগা রুশিয়াদগীনা শরুক কুনতরুক হেন্না লৈ। অতুম ওয়নমক সমাজগী চাওখৎলকপগী থাক অসিদসি, আমেরিকানা বেলজিয়মদগী য়াম্না থাক বাংনা লৈথরে, অতুগা রুসিয়াগা চাংদম্নরুবদি, বেলজিয়ম অসিদি ইতিহাসকি যুগ অমা পুরা—তুং শোৎথতুনা লৈহৌরি,

মরমদি বেল্‌জিয়মদদি হৌজিক ফাওবা শেনজাও পাইবা সমাজ মওং লৈরি অদুগা রুশিয়াদদি শেনজাও পায়বা সমাজ লান থোক-খিদুনা অনৌবা সোসিয়েলিজম সমাজ অদু লিংখৎখরবনি।

মওং অসিদগী ভাব তাবা ঙমলে, অদুদি মীওয় মশীং হেনগৎলকপনা সমাজ চাওখৎলকপগী মরু ওয়বা পোৎচং অমা ওয়বা য়াবা হৌনদে মসিনা সমাজগী মওং অমসুং সমাজগী মশক লেপ্পা ঙম্বা শক্তিদি ওয়কম থোক্তে।

অদু ওইরবদি, সমাজগী মশক থোকতুনা লৈরিবা পুন্সি অসিগী চয়েৎ খোয়েৎনরবা অবস্থা মওং অসিদা, করম্বা পোৎ-চংনা মরু ওয়বা শক্তি ওয়দুনা সমাজগী মশক লেপ্পকইবনো, সমাজগী নিয়ম অসিগী মওং পুথোরকপগে, অদুগা সমাজ অসিবু অতোপ্পা মওং অমদগী অতোপ্পা মওং অমদা চাওখৎহন্দুনা পুথোরকপগে ?

ইতিহাসপু পোৎশক্তা থাজবা নিয়ম অসিনা মীওয়বগী হিংননবা দরকারগীদমক পুনসিগী পোৎচং ফংননবা উপায় থিবা, অদুগা দরকার লৈবা পোৎ-চৈবু, হায়বদি, চিনজাক, ফি-রোল, খোংউপ, য়ুম-কৈ, শীং-য়েন পোৎথোক্কী খুৎলাই অসিনচিংবা অসিবু পুথোরকপা মওং অদুনা সমাজগী পুনসিদা অমসুং চাওখৎলকপদা চংদবা য়াদ্রবা মচাক অমা ওয়রি, অদুনা মসিনা, শক্তি হায়বা অদু ওয়পনি, হায়না লৌই।

হিংননবগী দমক মীওয়বনা চিনজাক চাব ভাই, ফি শেৎপা ভাই, খোংউপ, লৈননবা য়ুম, শিং-য়েল অসিনচিংবা

দরকার ওয়, কসিগুম্বা কান্নবা মচাক ওয়্রিবা পোৎশকশিং অসিবু ফংননবগীদমক মীওয়বনা পোৎ-থোক পুথোকতুনা ফংননবা হোৎনবা তাই, অদুগা পোৎথোক পুথোকতুনা পোৎ চৈ পুন্নমক ফংননবা হোৎনবদা মীওয়বনা পোৎথোক্কী খুৎলায় কয়া দরকার ওয়, মতুংগী মপান্তনা চিনজাক, ফি-রোন, খোংউপ, লৈননবা য়ুম, শীং-য়েল অসিনচিংবা অসিবু পুথোরকপা ওম্মকইবনি, মরম অদুনা, মখোয়না পোৎথোক্কী খুৎলাই অসিবু পুথোকতুনা শিজিন্নবা হৈবা দরকার ওয়রকই।

কান্নবা মচাক ওয়্রিবা পোৎশকশিং অসি পুথোরকনবা, পোৎথোক্কী খুৎলায় অসিগা, পোৎথোক্কী খুৎলাই অসিবু শিজিন্নদুনা কান্নবা মচাক ওয়রিবা পোৎশকশিং অসিবু পুথোকলিবা, মীওয়বা অসিগা, য়ান্না হরাওবা য়াবা মতাং হায়রবদি ঐখোয়গী পোৎথোক্কী জ্ঞান অদুগা থবক শুবগী লৌশিং লৈরম্বা অসিগা পুল্লপ পুন্না সমাজগী পোৎথোক্কী শক্তি হায়বা অদু ওয়গনি।

তৌইগুম্বশুং, পোৎথোক্কী শক্তি অসিদি, পোৎথোক পুথোরক্নবা মওং অদুগা পোৎথোক্কী মওং অসিদদি, নাকল অমত্তগী মশক্তনি মসিনা মহৌশাগী ( প্রকৃতি ) মশক অদুগা শক্তি অসিবু শিজিন্নদুনা কান্নবা পোৎচং কয়া পুথোরক্নবগীদমক মীওয়বনা পোৎশক্কা থম্নরিবা মরীনি। অদুগা পোৎথোক অসিগী অতোপ্পা নাকল অমদি, হায়রবদি পোৎথোক পুথোরকপা মওং অসিদা অতোপ্পা পোৎচং অমনা পোৎথোক্কী

নিয়ম অসি চৎথরকপদা মীগা মীগা লৈনরকপা মরী হায়বদি মীওয়বগী পোৎথোক্কী মরী থম্বীরিবা অত্থুবু খংহল্লি। মীওয়-বনা, মহৌশাগী (প্রকৃতি) মশক অসিগা লাল থেংনদুনা কান্নবা পোৎচং কয়া পুথোরকনবগীদমক, মহৌশাগী (প্রকৃতি) মশক অসিবু শিজিন্নরকপা মওং অসি অমগা অমগা মরী থম্নদনা, নাইতোম নাইতোম হোৎনদুনা মরম্নাই ওয়না পোৎ-থোক পুথোরকপা নত্তে, তোইগুম্বস্নুং পুন্না অমত্তা ওয়না, কাংবু কাংবু ওয়না সমাজগী মমুংদা পোৎথোক পুথোরকপনি। মরম অদুনা, পোৎথোক হায়বা অসিমক্তবু, মতম পুম্নমক্তা অমস্নুং অবস্থা খুদিংমক্তা সমাজগী মওংদা পুথোরকপা পোৎথোক ওয়গদবনি। দরকার ওয়বা কান্নবা পোৎশক পুথোরকপা অসিদা মীওয়বা অসি মখোয় মশেল পোৎথোক অসিগী মমুংদা অমগা অমগা মরী থম্নরকই, অদুগা পোৎথোক্কী মরী অসিদা, অমা নত্রগা অমদা চৎমিন্নবা হৌরকই। অসিগুম্বা মরী অসি, পুন্না পূন্না চৎমিন্নবা মরী নত্রগা অওৎপা য়াওদনা অমনা অমগী মতেং পাংনদুনা চৎপা মরী অদু ওয়বা য়ায়, নত্রগা হুকুম তৌদুনা শীল্লগা অতৈনা মখা পোন্দুনা থবক তৌবা মরী অদু ওয়বা য়াই, নত্রগা পোথোৎক্কী মরী অমগী মওংদগী অতোপ্পা পোৎথোক্কী মরী অমদা ওল্লকপগী মওং অমদা লৈবা য়াই। অমবু ওয়রবস্নু, পোৎথোক্কী মরী হায়বা অসিদি সমাজগী নিয়ম খুদিংমক্তা পোৎথোককী মরু ওয়বা পোৎচং অমা ওয়গদবনি। অস্নুম্না পোৎথোককী শক্তি অসিস্নু

সমাজগী নিয়ম খুদিংমক্তা পোংথোককী পোংচং অমা ওয়গনি।

মাক্সনা হায়খি:—"পোৎশক্কী মওং অসিদা, মীওয়বনা মহৌশাগী (প্রকৃতি) মশক অসিগা শম্নরকপদা নত্তনা, মখোয় মশেল অমগা অমগস্থু শম্নরকই। মখোয়না পোংথোক পুথো-রকপা অসিতবু মখোয় মশেল অমনা অমবু মতেং পাংনতুনা, অমনা অমগী থবক অদু ওন্নতুনা শরুক খরতবু ওয়রবস্থু মতেং পাংনতুনা পুথোরকই। পোংথোক অসি পুথোক্লবগী মরমগী—দমক, মখোয়না অমগা অমগা তশেংবা মরী থম্নতুনা শম্নরকই অসিগুম্বা মরী থম্নবা অদুগা অসিগুম্বা সমাজগী শম্নরীবা মশক অসিগী মনুংতদা মখোয়না মহৌশাগী (প্রকৃতি) মশক অসিদা থবক তৌবা হৌরকই, অদুগা পোংথোক অসিবু পাংথোরকই।"

মরম অদুনা, পোংথোক অদুগা পোংথোক্কী মওং হায়বা অসিনা, সমাজগী পোংথোক্কী শক্তি অদুগা, পোংথোক্কী মনুংদা মীওয়বগী মরী অনি অসিবু পুন্না মশক ফোংদোকই, অদুনা কান্নবা পোংশক কয়াবু পুথোরক্লবা হোৎনবদা মথক্কী মওং অনি অসিগী অপূনবা মওংতনা পোংথোক পুরক্কদবনি।

(ক) পোংথোক অসিগী মরু ওয়বা মশক অমদি, মসি করিগুম্বা মওং অমদা লেপতুনা মতম শাংনা লৈতে, অদুনা মতম পুম্নমক্তা ওন্দুনতা, অমস্তুং চাওখৎতুনতা চৎলি, অদুগা অমুক্কা পোংথোক্কী মওং অসিদা খজিক্তং হেক ওল্লকপগা লোয়ননা সমাজগী মওং অসিস্থু মসানা ওন্দবা য়ারক্তে, অদুগা লোয়ননা সমাজগী রাথল মওং, রাজনিতিগী মত, অদুগা রাজ-

নিতি তক্ষমশং অসিসু ওল্লকদবনি— অদুনা, মসিনা হেক ওল্লকপগা সমাজগী মওং অসি অনৌবা মওংদা ওল্লকদবনি, অদুগা অনৌবা রাজনিতিগী নিয়ম অমা থোরকদবনি। চাওখৎ-লকপগী থাক খেন্ন-খেন্নবা মতুং ইন্না, মীওয়বনা খেন্ন-খেন্নবা পোৎথোক্কী মওং অসি শিজিন্নরকই, হায়বদি পোৎথোক্কী মওং খেন্নবা মতুং, ইন্না হিংনরিবা পুন্সি অদুসু অবস্থা খেন্নরকই। থাইনগী পুন্না চারস্বা সমাজ মওং অদুদা, পোৎথোক্কী মওং অমা চৎনরমই, অদুগা মীনাই—নাইথাং নাইবা সমাজ অদুদনা অতোপ্পা মশক খেন্নবা পোৎথোক্কী মওং অমা চৎনরকই, নিংথৌ পানবা সমাজ লাক্লগনা অমুক খেন্নবা পোৎথোক্কী মওং অমা থোরকই, অসুম্না ওন—ওন্দুনা খেন্নদুনা চথরকই। অদুদা নত্তনা অসুম্না খেন্নরকপা অসিনসু মীওয়বগী সমাজ মওং, রাথলগী পুনসি, হায়বদি মখোয়না খেন্নবা রাথলগী মত, রাজনিতিগী তক্ষমশং অদুসু খেন্ন—খেন্ননা মশক থোরকই।

মরম অদুনা, সমাজগী মওং অদুনা, সমাজ অদুগী মশক অদুবু লেপলকই, অদুগা মহাক্কী রাথলগী মওং, নিতি, রাজ-নিতি মত, অদুগা রাথলগী স্কুল অদুগী মশক লেপ্লকদবনি।

হায়বদি, মীওয়বগী হিংনরিবা মওং অদুনা, মাহাক্না করি খল্লিবগে হায়বা রাথলগী মওং অদুবু লেপকদবনি।

মসিগী অর্থদি, সমাজগী চাওখৎলকপগী ইতিহাস অসিদি অতৈ করিসু নত্তে, পোৎথোক্কী চাওখৎলকপগী ইতিহাস অদুবু তাকপদনি, হায়বদি চহি কয়া কয়াগী মঙুং অসিদা

পোংথোক্কী মওং অমবু অতোপ্পা মওং অমা ওন্দুনা, অমনা অমগী মহুৎ শিন্দুনা লাক্লিবা ফিভম অসিগী ইতিহাস, অদুগা পোংথোক্কী শক্তি অমসুং পোংথোক্কী মনুংদা মীওয়বগী মরি অসিনা চাওখৎলকপগী ইতিহাস অদুবু খংনগনি।

মরম অদুনা সমাজগী চাওখৎলকপগী ইতিহাস অসি অতৈ করিসু নত্তে, কান্নবা দরকারগী পোংশক পুথোরকলিবা মীওয়শিং অদুগী ইতিহাসনি, হায়বদি, শুদুনা নোমদুনা লৈরিবা মীয়াম অসিগী মপান্তুনা, পোংথোক্কী নিয়ম অসি পাংথোক্লিবনি, মখোয়না দরকারগী পোংশক পুন্নমক অসিবু পুথোকতুনা, সমাজ অমা পানবগী ফিভম শেমলকইবনি, অদুনদি, মখোয়গী ইতিহাস অসিনা, সমাজগী ইতিহাস অদু ওয়গদবনি।

অদুনা, ইতিহাসকী বিজ্ঞান অসিনা অচুম্বা জ্ঞান অমনি। হায়বদি সমাজগী চাওখৎলকপগী ইতিহাস অসি, নিংথৌ খরগী অদুগা সেনাপতি খরগী তৌরম্বা থবক অদু ইরগা, নত্রগা দেশ খরা জয় তৌবগী রারি অমসুং দেশ খরা খুদুম চনশিন-লকপগী রারি ইরগা হেক্তা ওয়রককদবা নত্তে, তৌইশুমসুং কান্নবা পোংশক পুথোকতুনা লাকলিবা, শুদুনা নোমদুনা লৈরিবা মীয়াম হায়বদি, প্রজা পুন্নমক অসিগী ইতিহাস অদু-তনা, অচুম্বা ইতিহাস ওয়গদবনি।

মরম অদুনা ইতিহাসকি আইন ময়াম অসি তমলকপদা মীওয়বগী রাখলনা পুথোকতুনা মদুদগী তমলককদবা নত্তে, অদুগা সমাজগী রাথল মওং অমসুং মত্ত অদু য়েংদুনা তমগদবসু

নত্তে, তৌইগুম্বসুং ইতিহাসকী মতম মতম অতুগী থোরকপা সমাজ মওং অতুগী পোৎথোক পুথোরকপগী মওং অতু য়েংলগা তম্নক্কদবনি। হায়বদি ইতিহাসকী আইন অসিদি সমাজগী শেন থুম, চাবা থকপগী পুনসি অতুদগী থিগদবনি।

মরম অসিনা, ইতিহাসকি বিজ্ঞান অসিগী থরাইদগী মরু ওয়বা থবক্তি, পোৎথোক্কী আইন পুন্নমক অসি পুথোকতুনা মশক থংনবা হোৎনগদবনি, হায়বদি. পোৎথোক্কী শক্তি অমসুং পোৎথোক্কী মরী অসিনা চাওখৎলকপগী আইন, সমাজগী শেন থুম অমসুং চাবা থকপগী চাওখৎলকপা আইন অতুবু পুথোক্ক-দবনি।

খুৎ তৎলবা মীওয়গী পার্টি অসিনা তশেংবা পার্টি অমা ওনগে থল্লবদি, অতৈ পুন্নমক্কী মথক্তা, মহাকনা পোৎথোক্কী চাওখৎলকপগী আইন, সমাজগী শেন-থুম অমসুং চাবা থকপগী চাওখৎলকপগী আইন অসিবু হান্না, অশেংবা জ্ঞান লৈথি-গদবনি।

মরম অতুনা, নিতি লেপ্লকপদা, অরানবা মশক য়াওহল্লোই খল্লবদি, খুৎ তৎলবা মীওয়গী পার্টি অসিনা মহাক্কী থবক্কী থৌরাং লৌরকপদা, অতুগা মহাক্কী থবক চৎথরকপদা পোৎথোক্কী চাওখৎলকপা আইন অতুগা সমাজগী চাবা থকপগী চাওখৎ-লকপা আইন অতুদগী মরু ওয়না য়েংদুনা চৎকদবনি।

(খ) পোৎথোক অসিগী অনিশুবা শকফম অমদি পোৎ-থোক অসিনা, চাওখৎলকপা অমসুং মশক ওল্লকপা অসিদি

পোৎথোক্কী শক্তি অদুনা মশক ওল্লকলবা অদুগা চাওখৎ-লক্লগভা, মশক থোরক্কদবনি, হায়বদি, ইহান হানবদা পোৎ-থোক্কী খুৎলায়শিং অদু মশক ওল্লকতুনা চাওখৎলক্লগা ওয়রক্ক-দবনি। মরম অদুনা, পোৎথোক্কী শক্তি অসিদি, য়াম্না ওন ওন্দুনা চৎপা, পোৎথোক্কী মশক ওল্লকপা ওম্বা, পোৎথোক্কী মনুংদা বিপ্লবীগী শরুক্কি। ইহান হানবদা, সমাজগী পোৎ-থোক্কী শক্তি অসি মশক ওল্লকতুনা চাওখৎলকপগা, চাওখৎ-লকলিবা অমস্তুং মশক ওল্লকলিবা অদুগী মতুং ইন্না, অমস্তুং অদুগী থোংচৎ চপ মান্ননা পোৎথোক্কী মনুংদা মীওয়বগী মরীস্তু অমস্তুং মথোয়গী শেন—থুম, চাবা থকপগী মরীস্তু মশক ওল্লকই অমস্তুং চাওখৎলকই অসি হায় হায়দুনস্তু, পোৎ-থোক্কী মরী অসিনা পোৎথোক্কী শক্তি অসিগী চাওখৎহল্লক্লবা মতেং করি অমত্তা পীদে, অদুগা পোৎথোক্কী মরীদা করিস্তু ভাংজদে, হায়বদি য়াদে। পোৎথোক্কী শক্তি চাওখৎলকপনা, পোৎথোক্কী মরী চাওখৎলকই, হায়বা মওং অসি ওয়দুনস্তু, পোৎথোক্কী মরী অসিনস্তু অমুক্কা, পোৎথোক্কী শক্তি অসিস্তু চাওখৎলক্লবগী লম্বিদা পুখৎলকই, নত্রগা অথিংবা পীবস্তু ওমই। মতাং অসিদা মুন্না য়েংগদবদি, পোৎথোক্কী মরী অসি পোৎথোক্কী চাওখৎলকপা অসিদা মতম শাংনা থাবা মান্নদব নত্রগা থেম্নবা থোংচৎ অমদা লৈথহোবদি য়াদে, মরমদি পোৎথোক্কী শক্তি অসিনা পোৎথোক্কী মরীগা থোংচৎ অমদ চাং ক্বায়দনা চৎলবা মতম অদুতদা, অদুক্কী মতিক চাওখৎ

লকপা গুম্মী, অদুগা চাওখৎলকপগী খুদোংচাবসু ফংবা ঙমই। মরম অদুনা, পোৎথোক্কী মরী অসিনা, চাওখৎলকপা পোৎথোক্কী শক্তি অসিগা চাং মান্নদনা তুংদা শোথহুন্না লৈহৌরবসু মতম খরগী মন্নুংদা শোয়দনা অমুক তানখৎ-লকতুনা খোংচৎ মান্নরৈ অমস্তুং তশেংনা চাং চপ মান্ননা কায়নদনা পোৎথোক্কী চাওখৎলকপা শক্তি অদুগী থাক্তা লৈরকই, অদুনা পোৎথোক্কী মওং অদুগা চান্নহল্লকই। মওং অসি নত্রবদি, পোৎথোক হায়বা অসিগী নিয়মদি, পোৎথোক্কী শক্তিগা অমস্তুং পোৎথোক্কী মরীগা পুনবা মওং লৈগদবনি হায়বা ফিভম অদুবু কায়না চৎলে, অদুনা পোৎথোক্কী মওং পুন্নমক অদুবু অকায়বা থোকহন্দুনা পোৎথোক্কী খুদোংথিবা অবস্থা থোকহন্দুনা পোৎথোক্কী শক্তিবু মাংহল্লি।

পোৎথোক্কী মরীনা, পোৎথোক্কী লৈরীবা শক্তি মওংগা থাক মান্নদবা, তত্তনা কাইনহুনা, খেন্ননা চৎপা অসিগী খুদমদি, শেনজাও পায়বা দেশশিংদা থোক্লিবা শেন—থুমগী খুদোংথিবা অবস্থা অসিনি, অসিগুম্বা লৈবাক অসিদদি, পোৎ-থোক্কী খুৎলায় অসি মরন্নাইগী ওয়না শেনজাও পায়বশিংগী মখুত্তা লৈনৈ, মরম অদুনা সমাজগী ওয়বা মওংদা চত্থরক্লিবা, পোৎথোক অদুগা অপুনবগী মশক লৌরিবা পোৎথোক্কী শক্তি, মশক অসিগদি য়াম্না শেংনা চান্নদনা, খেন্ননা লৈনৈ। মতুংগী মহৈনা শেন—থুমগী খুদোংথিবা অবস্থা অসি থোকলকই অদুনা পোৎথোক্কী শক্তি অসিবু মাংহল্লি। অদুগা অসিগুম্বা

থাক খেন্নহনবা মওং অসিতনা সমাজগী বিপ্লব হৌরক্লবগী, শেন-থুমগী অবস্থা ওয়রগদবনি। অসিগুম্বা বিপ্লব অসিনা হৌজিক লৈরিবা চান্নদবা, পোৎথোক্কী মরী অসিবু মাংহন্দুনা পোৎথোক্কী শক্তি অসিগী মওংগা চান্নবা অনৌবা পোৎথোক্কী মরী অমা শেম্মকদবনি।

পোৎথোককী শক্তি অসিগী মওংগা অমস্যুং পোৎথোক্কী মরীগা থাক চপ—মান্ননা চান্ননা চৎপা, খুদমদি, রুসিয়াদা লৈরিবা সোসিয়েলিষ্টকি, জাতিগী শেন-থুমগী মওং অসিনি। মফম অসিদদি সমাজগী ওয়না, পোৎথোক্কী খুৎলায় পুন্নমক থম্মী, মরম অদুনা সমাজগী মওংদা পোৎথোক্কী নিয়ম চৎলিবা খোংচৎ অসিগা চাং—চপ মান্ননা লৈবা ওম্মী, অদুনা কৈদৌঙৈদস্যু শেন—থুমগী খুদোংথিবা হায়বা ফিভম অদু থোক্কে অদুগা পোৎথোক্কী শক্তি অদুবু মাংহনখিদে।

মরম অদুনা পোৎথোকি শক্তি অসি পোৎথোক্কো মস্যুংদা য়াম্না মশক হোং-হোংদুনা চৎপা বিপ্লবী মচাক অমা ওয়বতা নত্তনা, পোৎথোক্কী চাওখৎলক্লবা মওং লেপ্পা পোৎচং অমনি।

পোৎথোক্কী শক্তি মওং অদুদগী মতুং ইন্না পোৎথোক্কী মরী অদুস্যু মওং চপ মান্ননা লৈগদবনি।

পোৎথোক্কী শক্তি হায়বা অসিগী রাকম অসিনা, মীওয়—বনা মখোয়গী দরকার ওয়বা কান্নবা পোৎচং পুন্নমকপু করম্বা পোৎথোক্কী খুৎলায় শিজিন্নদুনা পুথোরকই হায়বা পাওখুম অদু পী, অদুগা পোৎথোক্কী মরী হায়বা অসিনা কনানা

পোৎথোক্কী থুৎলায়, হায়বদি, লম, জঙ্গল, ঈশিং, খোং, শেন-থুম, শেমদোক খোত্তোকত্রিবা পোৎ-চৈ, পোৎথোক পুথোক্নবা খুৎশু খুৎলায়, পোৎ হোন্দোক হোনজিন তৌনবা গাড়ী, লম্বী থোং অসিনচিংবা পূম্নমক অসি কনাগী মথুত্তা লৈবগে কনানা অসিগুম্বা পোৎথোক্কী খুৎলায়শিং অসিবু মপূ ওয়না চলাইবগে, হায়বদি, সমাজনা পুন্না মপু ওয়দুনা চলাইবরা নত্রগা মরম্নাই ওয়না থমনদুনা থবক চলাইব্রা, নত্রগা মীওয় কাংবু নত্রগা কাংলুপ থরনা মথোয়গী কান্নবগীদমক্তা, অদুৈ মীওয় কাংবু নত্রগা কাংলুপশিংবু শিজিন্নরগা ওৎতুনা থবক চলাইব্রা হায়বা ৱাহং অসিগী পাওখুম অদু পী।

মখাগী মওং অসিনা থাইনগী মতমদগীনা হৌজিক ঐথোয়না লৈরিবা মতম অসি ফাওবগী মমুংদা পোৎথোককী শক্তিনা চাওখৎলকপগী মশক অদুনি। ইচম চম্বা হুং মচেৎ অমা খুন্নগা খুৎলায় ওয়না শিজিন্নরম্বদগী, লিক্লং তেন শাবা হৈরকপা মওংদা ওন্নকপা অসিনা শা তান্দুনা হিংলম্বা অবস্থা অদুদগী শা-ষন য়োকতুনা কোইচৎ চৎতুনা, শা-ষনগী শজিক হৌবা মফমদা খুন তাবা হৌরকপা ফিভম অদুদা ওনখি, হুংগী খুৎশু খুৎলায় শীজিন্নরম্বদগী, য়োংনা শাবা খুংশু খুংলাই, হায়বদি য়োংনা শাবা শীংজং, উগী লাঙ্গলদা য়োংকী লোংখুম তোপ-তুনা শিজিন্নরকপা মতম অদুদদি, লৈবাক খোংতোকতুনা লৌ খোয়বা, মতম অদু য়ৌরকই, অদুদগী য়োংকী খুৎশু খুৎলায় শাবা হৈবা হেনগৎলকতুনা পোংচৈ কয়া শাবা হৈরকপা

হায়বদি, য়োং—শাবা থাংজমগী মৈফু লিংথংলকপা, চফু শাবা হৌনরকপা, অদুগা লোয়ননা খুং—শা হৈবগী থবক শিজিন-নরকই, মতম অদুদদি, খুং—শা হৈবগী থবক অসি লৌউ—শিংউবদগী খাইদোক্লবা হৌরক্লে, মরম্নাই মনিংতম্বা খুং-শা হৈবগী থবক তোঙান্না চংলকপা অসিদা, কারখানা চাওখং-লকতুনা পোং—চৈ শাবা হৌগংলকই; খুংশা হৈবগী কারখানা মচা মচা, অদুদগী মেচিনগী পোং—থোরকপা, খুংশা হৈবগী কারখানা মচা মচা অদুদা পোং শারম্বনা অচৌবা মেচিনগী কারখানা ওল্লকপা হৌরকই, অদুগা মেচিনগী মতম অসিদগী হিরম খুদিংমক পুথোকপা ঙম্বা অচৌ অচৌবা কারখানা মওং অসিদা চাওখংলকই ;—মথককী হায়খরিবা মওং খরা অসিনম্নু সমাজগী পোংথোককী শক্তি অসিনা মীওয়বগী ইতিহাস অসিদা চাওখংলকপগী মশক লোয়না উংপদি ঙমদে, অদুম ওয়নমক শমলপ্পা শকফমদি অসিনি। ঐখোয়না ভাব মুন্না তান্নগদবা মতাং অমদি, পোংথোককী খুংগু খুংলাই অসি চাওখংহল্লকপা নত্রগা ফগংলল্লকপা হায়বা অসিদি পোংথোক্কা থান্নবা নৈতনা মরী লৈনরিবা মীওয়বা অসিনা পুথোরক্কদবনি, মরম্নাই মনিং তম্না চাওখংলক্কদবদি নত্তে, মরম অদুনা পোং-থোক্কী খুংগু খুংলাই অসি মশক ওল্লকপা নত্রগা চাওখং-লকপা হায়বগী অর্থদি, মীওয়বা মশা অসিম্নু চাওখংলকলে অমম্নুং ওল্লকলে হায়না তাক্লকপনি ; মরমদি পোংথোক্কি শক্তি অসিদদি, মীওয়বা অসিনা খরাইদগী মরু ওয়বা পোংচং

অমা ওয়রিবনি, মখোয় অসিগী পোংথোক্কী জ্ঞান অছু চাওংথংলকপা অমসুং মশক ওন্নকপা অসিগা লোয়ননা মখোয়গী থবক্কী লৌশিং অমসুং পোংথোক্কী খুংগু খুংলায়শিং অদু শিজিন্নবা হৈবা হেনগংলকই, অদুনা মখোয়সু মশক ওন্দুনা চাওখংলকই।

সমাজগী পোংথোক্কী শক্তি অসিনা ইতিহাসকী খোংচং অসিদা চাওখংলকতুনা মশক ওন্দুনা লাকপা অসিগা খোংথাং চপ মান্নবা মীওয়বগী পোংথোক্তা থান্নবা লৈতনা লৈনন্নিবা মরী অসিসু হায়বদি শেন-থুমগী অমসুং চাবা থকপগী মরীসু মশক ওন্দুনা চাওখংলকই।

ইতিহাসতা, পোংথোক্কী মরী অসি মথল মথা থোকনা লৈরকই; থাইনগী পুন্না পানবা মরী, মীনাই নাইথাংগী মরী, নিংথৌপানবগী মওং, শেনজাও পায়বগী মরী, সোসিয়েলিষ্টকী অপুনবগী মরী অসি লৈরকই।

থাইনগী পুন্না পানবা নিয়ম অদুগী মথাদা লৈনবা পোংথোক্কী মরী অসিদি, পোংথোক্কী খুংলাই অদু, ময়ান্না পুন্না মপু ওয়। নিয়ম অসিনা মতম অদুগী লৈরম্বা পোংথোক্কী শক্তি অদুগদি মওং চপ চানা লৈমিন্নবদা চান্নরমই। মুংগী খুংগু খুংলাই লৈরম্বা অদুগী মতুংদা লৌরুং-তেন শিজিন্নরকপা মওং অদুনদি মী অমত্তনা মরন্নাই ওয়না খুংলাই অসি শিজিন্নতুনা মহৌশাগী (প্রকৃতি) মশক অমসুং শা-কৈ থেংনতুনা হিংননবা হোংনবা ওয়থোকলমদে। উমংদগী উহৈ-রাহৈ

থিরকনরা, ঙা ফাতুনা চাননবা, লৈননবা য়ুমলৈ-কৈরৈ থন্না শেম্নবা, অদুগা মখোয়না চরা হেন্দুনা শিনিংত্রবা, শা কৈগী মথুঙগী মশাবু কন্নিংলবা, অদুগা মখোয়গা নকনরিবা মীওয় কাংবুশিংনা হাংথিদনবা হোৎনবদা, মতম অদুদদি, মীওয়বা অসি পুন্না পুন্না থবক তৌবা তারম্মী। পুন্না থবক শুমিন্নবা মওং অসিনা, পোৎথোক্কী খুৎলাই অদুস্থু অপুনবগী ওয়না পুন্না পুন্না ওয়হুনা লৈবা দরকার ওয়রকই, অদুগা পোৎথোক্কী মহৈ অদুস্থু পুন্না ময়ামগী ওয়না থম্নবা হৌরকই। মতম অদুদদি পোৎথোককী খুৎলাই থরদি মশাগী ওইনা থম্নরমইদি হায়রবু, মহুদি শা কৈ ঙাকনবা থম্নবতনি। মতম অদুদদি অওৎপা মওং অসি মশক থোকলমদে, কাংলুপ থায়দোক্লরমদে।

মীনাই··নাইপাং নাইবা সমাজগী মওং অদুদদি :——পোৎথোক্কী মরী অসিদি মীনাই লোইরিবা মপু অদুগী মথুক্তা পোৎথোক্কী খুৎলায় লোয়না লৈরমই, মহাক্না পোৎথোক্কী থবক নোমগদৌরিবা, শুগদবা মীওয় হায়বদি মীনাই অদুবুস্থু মথুক্তা থমজিল্লি, অসিগুম্বা মীনাই অসি মহাক্না য়োনথোকপস্থু ঙম্মী অতৈ অতোপ্পা অমা লৈরুগে হায়বস্থু ঙম্মী অদুগা হাক্তোকপস্থু বেরা লৈত্তে, অদুনা মখোয়বু শা—বনদৌনা থনমই। অসি-গুম্বা পোৎথোক্কী মরী অসি মতম অদুগী পোৎথোক্কী শক্তিগা মওং চপ চানা লৈমিন্নবা য়ারম্মী। মতম অদুদদি মুংগী খুৎশু খুৎলায় শিজিন্নবগী মহুত্তা মীওয়বনা য়োৎকী খুৎশু-খুৎলায় শিজিন্নবা হৌরক্লে, চাওখত্তনা য়ায়া রানা পাল্লম্বা থাইনগী শাতানব

মওংনা, য়ুমলৈ—কৈরৈদা লৈনরম্বা মওং, শা-ষণ য়োকপা হৈতবা, লৌ-উবা হৈত্তবা মওং অদুদগী শা-ষণ য়োকপা, লৌ-ইংখোল খোয়বা, খুৎ-শা হৈবগী থবক পায়খৎলকপা অদুগা পোৎ-থোক্কী মন্নুংদা, লৌ—ইংখোল খোয়বা অমসুং খুৎ-শা হৈবা ছায়বা লম্বী অনি খাইদোরকপা মওং—থোরকপা হোরকই। অবস্থা অদুদদি মী অমগা অমসুং মী অমগগী মরক্তা অমসুং সমাজ অমগা অতোপ্পা সমাজ অমগগী মরক্তা পোৎ ওন্থোক ওনসিন তৌদুনা মী থরগী মখুত্তা শেন থুম পৈশিনবা হোরক-পগী খুদোং চাবা মওং অদু থোরকপা হোরকই, অদুগা পো-থোক্কী খুৎলায় পুন্নমক অসি মশিং য়ামখিদ্রবা মীওয় থরগী মখুত্তা লোয়না পৈশিনখিদুনা মশিং অয়াম্বা মীওয় পুন্নমকপু, মশিং য়ামখিদ্রবা মীওয় থরতনা নমথদুনা মীনাই ওয়না শিজিন্নবা য়াবগী খুদোংচাবা অদু থোরকপা মতমনি। মতাং অসিদাদি, পোৎথোক্কী মওং অসিদা মনিং তম্বা সমাজগী মীওয় খুদিংমকনা পুন্না ময়াম ওয়না থবক শুমিন্নবা অদু উবা ফংদ্রে, মফম অসিদদি, থবক শুদবা, মীনাই লোয়বা মপুশিং থরনা নমদুনা, অওৎপা মওংদা মীনাইবু শিজিন্নবা মওং অদু থোরক্লে। অদুনা পোৎথোক্কী খুৎলায় অদুসু ময়ামগী ওয়না পুন্না মপু ওয়রম্বা তোকখরে পোৎথোক্কী মহৈ অদুসু অপুনবগী ওয়-রক্তে। মরম্নাই ওয়না মপু ওয়নবা, মশাগী ওয়নরকপা হোরকলে। ফিভম অসিদদি মীনাই লোয়রিবা মপু অদুনা মরু ওয়বা শেন-থুম্নগী মপু ছায়বা অদু তশেংনা ওয়রক্লে।

ইনাক খুনবা অমস্তুং লায়রবা, অওংপা অমস্তুং ওৎপীরবা, মশাগী দরকার পোংচং লোয়না ফংবা, অধিকার পুম্বা লোয়না লৈবা মীওয় অমস্তুং মশাগী অধিকার শুকয়াও য়াখিদ্রবা মীওয় মশক অনিগী মরক্তা অকনবা কাংলুপকী লান থেংনবা হৌগৎ-লকপা অসিনা, মীনাই—নাইথাং লোয়বা সমাজ মওং অসিগী শঁকক্কমনি ।

নিংথৌ পানবা সমাজগী নিয়ম অতুদনা পোংথোক্কী মরী অসিদি, নিংথৌগী অঙম অথৌশিং অতুনা, পোংথোক্কী খুৎলায়-শিং অতুগী মপু ওয়রমই, অতুগা পোংথোক্কীদমক থবক শুরিবা লমদা মীনাই ওয়রিবা মীওয়শিং অতুবুদি মথোয়গী ওয়দ্রে, নিংথৌগী অঙম অথৌশিং অতুনা হাংতোকপস্তু য়াদ্রে, অতুগা লৈবা অমস্তুং য়োনবদি চংনরমই। নিংথৌগী অঙম অথৌনা মপু ওয়রিবা মওং অসিগা লোয়ননা লৌমীনা মরন্নাই লম—পায়বা, খুং-শা হৈবনা মহাক্কী মশানা শুজবা মরন্নাই পোংথোক অতুগী, পোংথোককী খুংশু খুংলাই থরা পায়জবা মওং অতুস্তু চংনরমই। অসিগুম্বা পোংথোককি মরী অসিনা মতম অতুগী পোংথোককি শক্তি মওং অতুগা মরু ওয়না চপ চান্নবা নিয়ম ওয়রমই। য়োংকী থবক্তা, য়োংশুংবা অমস্তুং চাওখৎপা মওং খংলকপা, লোংখুম শাবা, ফিরোন শানবা য়োংথম শাবা হৈরকপা, লৌউবা মওংদা অস্তুম চাওখৎনা উবা হৈরকপা উপাল রাপাল লৈ-শু থাবা, হৈকোল লৈকোল শেম্বা অমস্তুং শক্লোমগী পোং-চৈ শাবা হৈরকপা, খুংশা হৈবগী থবক

শুফমগা লোয়ননা, পোৎ-চৈ শুংবা হৈরকপা মওং পুম্নমক অসিনা মতম অদুগী পোৎথোককী শক্তিগী মরু ওয়বা শকফম ওয়রমই।

অনৌবা পোৎথোককি শক্তি অসি থোরকপদগী, থবক শুবগী মওং অসিদম্সু, পোৎথোককি মরিদা হৈনিংবা পোক-লকতুনা থবক্তা কান্নবা, মুঙায়বা মশক থোরকতুনা থবক তৌনিংবা পোক্নরকলে। নিংথৌগী অঙম অথৌশিং অদুনা থবক্তা মথন্নাই চংদবা শুনিং হৈনিংদবা থবক শুরিবা মীনাইশিং অদু তানথোকপা হৌরকলে, অদুগী মহুত্তা লমদা মীনাই ওয়-রিবা থবক শুরিবা, মশাগী ময়ুম মকৈ পাল্লিবা, মশাগী পোৎ-থোককী খুৎশু খুৎলায় থরসু লৈবা, লমদা লৌ খোয়বদা মশাগী হৈনিংবা পোকতুনা থবক কন্না শুরিবা মীওয় অদুবু পাম্বা হৌরকলে, মখোয় অদুবু নিংথৌগী অঙম অথৌনা মখোয়দা লৌশাল খরা কাহললগা লৌফমদা লৌ খোইহনবা হৌরকই। মতাং অসিদদি মরম্নাই মশাগী লন-থুম পায়নবা মওং অসি অমুক হেন্না চাওখৎলকলে। মিনাই নাইথাং নাইবা সমাজ অদুগী মতৌগুম্না ওৎতুনা নৈহনা পানবা নিয়ম অদুদি চপ মান্নবা লৈরি—অদুগা মওং থরদদি হন্দক্কী অসিনা থজিক্তং শাফবা হেল্লি। অওৎপগা অমস্তুং ওৎপাৱবগা তত্তনা কাংলুপকী লান থেংনবা অমস্তুং খৎনবা অসিদি নিংথৌ পানবা সমাজগী নিয়ম অসিগী মরু ওয়বা শকফমনি।

শেলজাও পায়বা সমাজগী মওং অসিগী পোৎথোক্কী মরীদি

শেনজাও পায়বা মীওয়শিং অসিনা পোৎথোক্কী খুৎলাইশিং অসিগী মপুনি। তৌইগুম্বস্নুং পোৎথোক্কী থবক শুরিবা মীওয় শিং অতুবুদি মখোয়না মপু ওয়না লোয়বদি ঙমদ্রে অস্নুমনা লৌতুনা থবক শুরিবা মীওয় অতুবুদি, শেনজাও পায়বা মীওয়শিং অসিনা হাৎপস্নু ঙমদ্রে নত্রগা য়োনথোকপস্নু ঙমদ্রে হায়বদি মখোয় অসিদি লোইনা মনিংতম্লবা মীওয় ওল্লে, অতু ওয়তুনস্নু পোৎথোক্কী খুৎলায়দি, মখোয়গী মখুত্তা অমত্তা লৈত-বনা, চাদ-থক্তুনা, চরা হেন্দুনা শিদনবগীদমক মীওয়শিং অসিনা, শেনজাও পায়বা মীওয়দা, মখোয়গী শুবগী শক্তি অতু অস্নুমন লৌতুনা য়োনবা হৌরকই, অতুনা অওৎপগী অৱাবা লোয়না খাংতুনা লৈরকই। শেনজাও পায়বগী মীওয়না পোৎথোক্কী খুৎলায় অসিদা মশাগী লন-থুম শেমতুনা লাক্লিবা মওং অসিগা লোয়ননা, যাম্না শিনবা থুংনা লৌমী, খুৎশা হৈবা মীওয়শিংগী মশাগী মরম্নাই ওয়বা পোৎথোক্কী খুৎলাই থম্নবা হোৎনরকই, অসিগুম্বা লৌমী অমস্নুং খুৎ-শা হৈবা মীওয় পুম্নমক অসি, হৌজিক্তি লমদা পুন্দুনা লৈবা মীনাই অতুদি নত্রে, অতুনা মশাগী মরম্নাই শুজবনা, মশাগী লন-থুম থম-জবা চৎনরকলে। হাম্নগী খুৎ-শা হৈবগী থবক শুফম অমস্নুং পোৎ শুংফম অতুগী মহুত্তা, চাওরবা কল অমস্নুং কারখানা মেচিম্না থম্না লৈবা মওং থোরকলে। লৌমীগী থাইনগী ওয়বা চাওখত্তবা পোৎথোক্কী খুৎশু খুৎলাই শিজিন্নতুনা লমদা লৌ ইংখোল খোইরম্বা, লৌয়াম চাবগী লম মচেৎ মচেৎশিংদা লৌ

উনরম্বা অচুগী মহুত্তা, শেনজাও পায়বা মীওয়না শীনবা অচৌবা লৌবুক কয়াদা বিজ্ঞানগী মপান্না লৌ খোয়বা, লৌ উনবগী মেচিন ত্রেক্তর শিজিন্নদুনা লৌ খোয়বা হৌরক্লে।

অনৌবা পোংথোক্কী শক্তি থোরকপা অসিনা, পোংথোক্কী মরী অসিদস্থ, থাক হন্থনা নমথদুনা থম্বৌরবা, লমদা মীনাই ওয়রিবা, পংহল্দুনা খমলবা মীওয় অতুদগী জ্ঞান তারবা থন্না হৈ-শিংবা মেচিনগী মরীদা ভাব ভারদুনা শিজিন্নবা ভমগদবা মীওয় দরকার ওয়রকই। মরম অতুনা শেনজাও পায়বা মী-ওয়শিং অসিনা লমদা মীনাই ওয়না থম্বা নিয়ম অতুদগী লান থোরক্লবা মেচিন নিংথিনা চলাইবা ভমগদবা খরা হৈ-শিংবা মীওয় অহুবু অস্থুমন পীদুনা থবক শুহনবা, অসিনা হেন্না পান্নরকই।

পোংথোক্কী শক্তিবু অস্থুক্কী মতিক চাওথংহল্লক্লবা মতম অসিদদি, শেনজাও পায়বা নিতি অসি, মশাগী মন্নুংদা মহাক্না কোঞ্চহনবা ভমলরোইদবা ওন্নতৈনবা মওং অতুদা পুন্দুনা লৈবা হৌরকলে। শিজিন্নবা পোংচৈ অসি অস্থুম অস্থুম পোংথোক হেনগৎলদুনা শেনজাও পায়বা নিতি অসিনা পোংকী মমল হোংনা হোংনা য়োন্নদুনা অমগা অমগা য়াম্না কন্না মুক্নরকই, অমস্থুং অমনা অমবু হেন্নবা লাক্করকই। অস্থুম্না মুক্নবা অসিদা, মরনাই শেন-থুম খরা খরা পায়ননবা, মথাগী থাক্কী মীয়াম 'অতুগা, ময়াই ওইবা কাংবুবু লোয়না মক্ল ফংনা মুথ-হনথি অহুনা মখোয় অহুব মথুং তৎলবা মশাগী মক্কল মথুম

লৈজদ্রবা মীওয় ওলহন্দুনা, পোৎ-চৈ লৈবা ওম্বগী শক্তি লোয়না মাংহনখি। মসিগী ফলনা, শেনজাও পায়বনা পুথোরকপা য়োম্নবগী পোৎথোক পুম্নমক অদুবু লোয়না য়োম্থোকখিবা ওমহনদে। অতোপ্পা মওং অমনা, পোৎথোক্কী মওং অসিদা অস্তুম অস্তুম পাকথোরকপা অমস্তুং চাওথোরকপা ফিভম অসিনা, কল কারখানা অচৌ অচৌবশিংদা থবক শুবা মীওয় অসি লাক্ষ লাক্ষ হেন্না পৈশিন্দুনা শেনজাও পায়বা নিত্তি অসিনা মখোয়গী পোৎথোক্কী নিয়ম অসিবু অপুনবা সমাজগী মওংদা পুথোকপা তাহল্লক্লি, অদুনদি মশাগী নিত্তি পুথোরকপা য়ুন্ফম অদুবুদি মাংহন্নবা থৌরাংদি মখোয় মশানা শীনজরে। হায়বদি পোৎথোক্কী নিয়ম অসিদা অপুনবা সমাজগী মওং ওয়না পোৎথোক পুথোক্লবদি, পোৎথোকক্কী খুৎলায় অদুস্তু অপুনবা সমাজগী ওয়বা মওংদা লৈহনগদবনি, অদুবু পোৎথোক্কী খুৎলায় অসিদি শেনজাও পায়বা মীওয়বগী মশাগী মরম্নাই ওয়বা লন ওয়না থম্নরী। অদুনদি অপুনবা সমাজগী মওংদা পোৎথোক্কী নিয়ম চত্থরিবা অসিগদি চাংচৎ থেম্নরে।

পোৎথোক্কী শক্তি অসিগী মওংগা অমস্তুং পোৎথোক্কী মরী অসিগগী মরক্তা তাইশিম্নবা য়ান্নদবা, ওন্ন-তৈনবা মওং থোকলিবা অসিনা মতম মতনগী ওয়না পোৎথোক্তা হেনমনখিবা হায়বা খুদোংথিবা অবস্থা অসি থোকহল্লকই। মীয়াম অসিনদি শেনজাও পায়বা অসিনা শীন্দুনা মরু ফুকখরবা মথুৎ তৎলবা

মীওয় ওয়হল্লবনিনা, শেনজাও পায়বা মীওয়শিং অসিনা মথোয়না পুথোকলিবা পোৎথোকশিং অদুগী, অপাম্বা, লৈবা গুম্বা মীওয়দি মতিক চানা ফংবা ওয়থোকত্রে। অদুগা মীয়াম লাক্ক লাক্কনা থবক ফংদতুনা রানরবা মতম, অদুগা চরা হেন্দুনা রানরবা মতমদা, শোমদদি, মথোয়না অহেনবা পোৎ-থোক অদু মৈ থাদোকথিবা, কারখানাগী পোৎথোকশিং অদু মাংহনবা, পোৎথোক পুথোকপা লেপহনবা, অদুগা পোৎথোক্কী শক্তি মাংহনবা হৌরকই। মথোয়না অস্তুম্না তৌরিবা অসি পোৎ রাংতুনা তৌরুবদি নত্তে, পোৎ—চৈ হেন্না পোৎথোক পুথোকউবদগী তৌরুবনি।

মসিনা তাকপদি, শেনজাও পায়বগী পোৎথোক্কী মরী অসিদি সমাজগী লৈরিবা পোৎথোক্কী শক্তি অসিগা চাং মান্নন চৎমিন্নদে, অদুনা অমগা অমগা তিন্নবা য়ান্নদবা ওন্-তৈনবা মওংদা লৈনরে।

মরম অদুনা, শেনজাও পায়বা সমাজ অসিগী মনুংদা বিপ্লব অমা থোরক্রুবগী মওং অদু, মীরোলদুনা লৈখরে।অসি-গুম্বা বিপ্লব অসিগী মপান্তনা, হৌজিক লৈরিবা শেনজাও পায়বগী মরম্নাই পোৎথোক্কী খুৎলায় থমনবা মওং অসি, ওস্থোকতুনা অপূনবা সোসিয়েলিষ্টকি মওংদা পুন্না পায়বা নিয়ম অদুনা মহুৎ শীল্লগদবনি।

অদুনা শেনজাও পায়বা সমাজ অসিগী মরু ওয়বা মওংদি,

অওৎপা অমসুং ওৎপিরবা কাংলুপ অনি অসিগী মরক্তা অকনবা কাংলুপকী অন্দোলন থোংনরককদবনি।

রুসিয়াদা লিংখৎখরবা সোসিয়েলিষ্ট সমাজগী নিয়ম অসিদনা, পোৎথোক্কী মরী অসিদি সমাজগী অপুনা মওংনা পোৎথোক্কী খুৎলায়গী মপু ওয়না থম্মী। অসিগুম্বা মফম অসিদদি, ওৎপিরবা অমসুং অওৎপা হায়বা মশক অদু অমুক লৈখিদ্রে। দেশ অদুদা, পোৎথোক পুথোকতুনা থোরকপা পোৎ পুম্নমক অদু, মানা মনা শুজবগী মতুং ইন্না চপ-চান্নবা নিক্তি অমগী মথাদা য়েম্থোকনৈ। "থবক শুদবা মীওয় অদুদি, মহাক চাকসু পীজরোইদবনি" হায়বা অসিনা নিক্তি ওয়না চৎলি। অগা অসিদদি পোৎথোক্কী মমুংদা থান্নবা লৈতনা অমগা অমগা মরী লৈনরিবা অসি অওৎপা মশক থংনদ্রবা, থবক শুবা মীওয়শিং অসিগী কমরেড অমা ওয়নবগী মতেং পাংনবা, সোসিয়েলিষ্ট সমাজগী অপুনবা নিয়মদা অমনা অমবু অমুক মতেং পীনবা নিয়ম অসিনা মশক থোকনা চৎনরকই। মফম অসিদদি, পোৎথোক্কী মরী অসি, পোৎথোক্কী লৈরিবা শক্তি অদুগা থাক চপ মান্নবা চৎমিন্নৈ, মরমদি সমাজগী মওংদা পোৎথোক্কী নিয়ম লৈরিবা অদুগা সমাজগী অপুনবা মওংনা পোৎথোক্কী খুৎলায় লোয়না শিজিন্নবা অদুনা অকায়বা অমত্তা থোকহন্দে।

মরম অদুনা রুশিয়াদা সোসিয়েলিষ্টকি পোৎথোক পুথোকলিবা নিয়ম অদুগী মমুংদা পোৎথোক হেনমনখিদুনা খুদোংথিবা

অবস্থা থোরকপা উবা ফংদে, অদুগা সমাজগী অরা-অনং, শেন থুমগী, অরাবস্থু থোক্কে।

অদুনা, পোৎথোক্কী শক্তি অসিস্থু, মফম অদুদদি য়াম্না কা হেন্না চাওখৎলকই, মরমদি, পোৎথোক্কী মরী লৈরিবা অদুগা চাং-চপ মান্নন। চৎমিন্নবনা চাওখৎলক্লবগী খুদোংচাবা লোয়না ফংদুনা চৎলি।

মওং পুম্নমক অসিনা মীওয়বগী ইতিহাসতা পোৎথোক্কী মরীনা চাওখৎতুনা লাকপগী শকফমনি।

পোৎথোক্কী মরী অসিনা চাওখৎলকপা অসি সমাজগী পোৎথোক্কী শক্তিনা চাওখৎলকপগী মওংদা মথা পোনগদবনি। মরু ওয়না পোৎথোক্কী খুৎশু—খুৎলাই অসিনা চাওখৎলকপগী মথা পোল্লি। অদুগা অস্থুম্না মথা পোন্দুনা লৈবা অসিনস্থু পোৎথোক্কী শক্তি অসিবুস্থু মশক ওন্দুনা চাওখৎহল্লকলগা, অদুগা লোয়ননা পোৎথোক্কী মরী অসিস্থু চাং—চপ মান্নবা মশক ওন্দুনা চাওখৎতুনা লাকই।

মার্ক্সনা হায়খি :—"থবক নোম্বা-খোৎপা অসিদা খুৎশু খুৎলাই পুথোকতুনা শিজিন্নবা অসি জীব পানবা শাগী মরক্তা, করিগুম্বা জীব মথল অমস্থুং কাংবু থরদস্থু চৎনরম্বা উবা ফংই, অদুগা মীওয়বগী পোৎথোক্কী থবক শুবা নিয়ম অসিদদি থানবা য়াদ্রবা মরু ওয়বা পোৎচং অমনি। মরম অদুনা ফ্রেংকলিননা মীওয়বা অসিবু খুৎশু-খুৎলায় শাবা হৈবা জীব মথল অমনি হায়না হায়রম্মী। মমাংঙৈগী হৌখরবা মতম

অদুগী থবক শুবদা শিজিন্নরম্বা খুৎশু খুংলাইশিং অদুগী মচাক খরা হৌজিক ফাওবা লৈরমদুনা ফংঙকপা হায়বগী অর্থদি, মতম কুইনগী মমাংদা চৎনরম্বা সমাজগী শেন-থুম মওং অদুবু থংনবা থিবদা মরু ওয়বা পোৎচং ফংবগুম্বনি। লৈম্লংদা করিদা লৈরম্বা শরু—ভাক্লনা মমাংঙৈগী শা ওাগী জীব মওং লৈনরম্বগী মশক তাকপা ঙম্লকপগুম, মসিস্থু অদুগুম্না মশক শেংনা সমাজগী মওং তাকলকপা ঙমই। ঐখোয়না থিরিবদি পোৎশক অদুবু করিনা শাবগে হায়বা অদু থিগদবা নত্তে, মখোয়না "করম্না শারকপগে, করম্বা খুৎলাইগী মত্তেংনা শারম্বী হায়বা অসিনা, ঐখোয়না শেন-থুমগী চংনরিবা যুগ অমদগী যুগ অনদা খেন্নরকলিবা মওং অসি পুখোকপা ঙমগনি। পোৎ-থোকী খুৎশু-খুংলাই অসিনা মীওয়বগী থবক শুবগী মওং অসিদা চাওখৎলকপগী থাক মওং অদু লেপ্পা ঙম্বদা নত্তনা অসিগুম্বা থবক অসিবু পাংথোকতুনা চৎলিবা সমাজ মওং অদুবুস্থু তাক্লকপা ঙম্মী।"

অদুগা অমুকস্থু :—

(ক) "সমাজগী লৈনরিবা মরি অসিদি পোৎথোকী শক্তি অসিদা য়ামনা চেৎনা পুন্দুনা লৈ। অনৌবা পোৎথোকী শক্তি অমা ফংনবা হোংনবা তারবদি, মীওয়বনা মখোয়গী হান্নগী লৈরিবা পোংথোকী মওং অদু মশক ওম্ভোকহল্লকপা মরকারনি, অদুগা পোংথোকী মওং ওম্ভোরকপা অদুগা মখোয়না, মখোয়গী হিংননবা হোংনরিবা চাব-থকপগী নিয়ম অদু হেক

ওল্লকপা হায়বগী অর্থদি, মখোয়গী সমাজগী লৈনরিবা মরী অদুবুসু মশক পুমওন ওল্লকহনবনি। খুৎনা চলায়বা কোন পুখোরকপা মতম অদুদা, নিংথৌগী অঙম অথৌ য়াওবা সমাজ অমা হেক্তা থোরকই, ইনজিন্না চলায়বা কারখানা থোরকপা মতম অসিদনা কারখানাগী শেনজাও পায়বা মীওয় য়াওবা সমাজ অমা অমুক ওয়রকই।"

(খ) "পোৎথোক্কী শক্তি অসিনা চাওখৎলকপা অসি অতৎপা লৈতনা চাওখৎলকালিবা খোংচৎ অমনি, অদুনা সমাজগী মরী অসিসু অমা অমুক মুৎখিদুনা অতোপ্পা থাখলগী মওং অমা অমুক থোরকতুনা চাওখৎলকদবনি, মতাং অসিদদি, মশক ওন্দবা পোৎশক হায়বা অসি তত্তনা চাওখৎতুনা চৎলকপা হায়বা খোংচৎ অসিতনি।"

কম্যুনিষ্ট মেনিফেষ্টোদা হায়রিবা ইতিহাসপু পোৎশক্তা থাজবা মওং অদু তাকলকপদা এঙ্গেলসনা হায়খি:— "ইতি-হাসকী মতম মতমগী চৎনরকপা শেন-থুম, চাব থকপগী পোৎথোক পুখোরকপা অদুগা অদুদগী পোরকপা সমাজগী মশক অদুনা, পুন্না, ইতিহাসকী মতম অদুগী রাজনিতি অমসুং রাখলগী হৌরককম ওয়গদবনি। মরম অদুনা থাইনী পুন্না পুন্না লম অসিগী মপু ওয়দুনা লৈরম্বা সমাজ অদুনা হেক মাংথখিবদা, মতম অদুদগী হৌরদুনা, ইতিহাসকী মশক অসি, কাংলুপকী লান থেংনবা হায়বদি অওৎপা অমসুং ওৎপিরবা কাংলুপ থেংনবা, অদুগা সমাজগী ওল্লকপা থাক খুদিংমক্তা অৱাবা

থাংতুনা লৈরিবা কাংলুপকা অদুগা অতৈ অতৈবু নমথতুনা লৈরিবা কাংলুপকা থেংনবা লানফম অদুগী ইতিহাস ওয়রকনবনি। থেংনরিবা লানফম অসিদি, থৌজিক্তি অসিগুম্বা থাক অমা য়ৌখৎলক্লে মন্থুদি, ওৎপীরবা অমস্থুং নৈবিরবা কাংলুপ হায়বদি খুৎ তৎলবা মীওয়শিং অসিদি, মহাকপু ওৎতুনা অমস্থুং নৈদুনা লৈরিবা কাংলুপ হায়বদি বুর্জোয়া অসিদগী মুক্তি ফংনবা হোৎনরকপদা, সমাজগী মশক অসিদগী অওৎপা মওং লৈরিবা অমস্থুং কাংলুপকী লান থেংনবা মওং পূমনমক অসিবু লোয়না পুম্মাং মাংহনখিদ্রবদি, মশাবুস্থু অরাবা কোকহন্দুনা মুক্তি ফংবা হায়বদু ওয়থোকত্রে।”

(গ) পোৎথোক্কী অহুমগুবা শকফম অসিদি পোৎথোক্কী শক্তি অসিনা অনৌবা মওংদা হেক চাওখৎলকপদা, অদুগা চাং চপ মান্নবা, পোৎথোক্কী মরী অমা অনৌবা মওংদা থোরকনি, হায়রিবা অসি হান্নগী লৈরম্বা, চৎনরম্বা মওং অদুদগী তোঙান্না, হান্নগী অদু মাংথখরগা থোরক্কদবা নত্তে, তৌইগুম্বস্থুং হান্নগী চৎনরম্বা নিয়ম অদুগী মন্নংদগী হৌগৎলক্কদবনি, থোরকইবা অসিস্থু মীওইবনা য়াম্না জ্ঞান তানা মওং অদুদা তাহল্লগে হায়না থবক তৌরকতুনা থোকহল্লকপা নত্তে, তৌইগুম্বস্থুং খংহৌদনা, মশানা খংদনা, মশানা অমুক খল্লুবা তৌদনা মশানা মনিং তম্না চাওখৎলকপগী মরম অনি লৈ।

অহানবদা, মীওইবা হায়বা অসিমক্তবু পোৎথোক্কি মওং

অসি অপাম্বা মশক খন্দুনা মনিং তম্না লাকপা ওমদে, মরমদি অনৌবা মীওয় খুদিংমক্না পুনসি অসিদা হেক চংলকপদা, পোংথোক্কী শক্তি অমসুং পোংথোক্কী মরী অসিদি হান্না লৈরমলবা মহাক্কী মমাংদা হৌখিবা মীওয়শিংনা তৌরম্বা থবক্কী মওং ওয়না থেংনবা ওাক্তনি, মরম অদুনা অহানবদদি, মাহাক্না অসিগুম্বা নিয়ম অদুবু য়াওহনা হান্না শেমদুনা লৈরম-লবা পোংথোক্কী শকফম পুন্নমক অদুবু শিজিন্নদুনা দরকারগী পোংচং পুন্নমক পুথোকপা ওন্নবা হোৎনখিবা তারকই।

অনিশুবদা, পোংথোক্কী খুৎশু খুৎলায় অমা মশক ওন-থোকদুনা অতোপ্পা মওংদা চাওখৎহল্লকপদা নত্রগা করিগুম্বা পোংথোক্কী শক্তি অসিগী পোংচং অমবু মশক ওন্দুনা অতোপ্পা মওংদা চাওখৎহল্লকপা মতমদা মীওয়বা অসিনা কৈদৌঙৈদসু অমুক্তা হন্দুহনা থল্লগা, অসুম্না মশক ওল্লুরিবা অমসুং চাওখৎহল্লুরিবা অসিনা সমাজদা করি ফল লাক্কদগে হায়বা খংবা ওমলক্তে, অদুগা খংবসু খংওক্তে। তৌইগুম্বসুং মথোয়না খন্নবদি, মশা মশাগী নোংমা নোংমগী দরকারগী কান্নবা মরম অদুদা থন্নদুনা, মশাগী থবক শুরিবা অদুবু সুংঙাইনবা অদুগা মশাগী কান্নবা অমসুং খুদোংচাবা থরা য়েং-দুনা, মশাগী অন্নাবা কোক্লবা অদুদা খন্দুনা লাকই।

য়াম্না পংনা জ্ঞান তাদনা অসুম পাল্লম্বা থাইনগী পুন্না পুন্না লৈনরম্বা সমাজ অদুগী মনুংদা মীওয় খরনা সুংগী খুৎশু খুৎলাই শিজিন্নরম্বদগী য়োৎকী খুৎশু খুৎলাই শিজিন্নবা

হৌরকই, মতম অদুদগি মখোয়না অস্নুম্না অনৌবা খুৎলাই অমা শিজিন্নরুবা অসিনা সমাজগী মওংদা করি ওল্লক্কদগে হায়বা অদু খংবস্নু খংঙমদে, অদুগা খল্লুবস্নু তৌরুদে, অদুগা মখোয় অদুনা মুংগী খুৎলাই পায়রম্বদগী য়োৎকী খুৎলায় পায়রকপা অসি পোৎথোক্কী মমুংদা বিপ্লব অমা থোরকপনি, অদুগা মসিগী মপান্না মমৈদদি অস্নুম্না মীনাই নাইথাং নায়বা সমাজ অমগী নিয়ম অদু লাক্লগনি হায়বা অদুস্নু ভাব তাবা ঙমলমদে। মখোয়না মতম অদুদা পামলম্বদি, মখোইগী থবক শুবা অদু খরা কোম্না শুননবা অদুগা মশাগী খুদোং চাবা খরা ফংনবা অদুগীতমক খল্লম্মী। মখোইগী জ্ঞান্না ভাব তাদুনা থবক তৌবগী মতাং অসি মশাগা মুমিৎ খুদিংগী চথরকলিবা মরম্নাই থবক অদুগী মমুংতদা ওয়নরম্মী।

অদুগা নিংথৌ পানবা সমাজ মওং অদুদস্নু, ইউরোপ্তা য়ৌনা হৌগৎলকলিবা বুর্জোয়াশিং অদুনা, মীওয় খরগীতা ওয়না চলাইরম্বা থবক শুক্কম মচা মচা অদুগা লোয়ননা, অচৌবা পোৎ-চৈ শানবা থবক শুক্কম লিংখৎলকতুনা, সমাজগী পোৎথোক্কী শক্তি অদু হেনগৎহনখি, অদুবু মখোয় অদুনা অস্নুমনা অনৌবা মওংগী পোৎথোক অসি হৌদোকউবনা সমাজদা করি ফল ওয়রক্কদগে হায়বা অদুদি খংবস্নু ঙমখিদে অদুগা খন্দুনস্নু য়েংনখিদে, অদুগা অসিগুম্বা শরুক "মচা" অমত্তুংতবু ওয়রবস্নু অনৌবা মওং অমা হাপকৎলকপগা সমাজগী মমুংদা মীওম্নবগী শক্তি পূম্নমক অসি ইনৌ নৌবা অমুক হন্না

অতোপ্পা মরী অমদা পুনশিন্নবা হৌনখি, মতুগী ফলনা মখোয়না নপতুনা থল্লবা নিংথৌ অতুগী শক্তি, অতুগা, নিংথৌগী অওম অথৌ অমা ওয়নিংবনা ফম ফংননবা হোৎনরমবা, মওং অতুগী মথক্তা বিপ্লব অমা তৌরকপা তারকই, অতুবু অসুমনা ওয়রকনি হায়বা রাখল অতুদি মখোয়না হায়া ভাব তাবদি ওমখিদে। মখোয়না থনজরম্বদি, মমল য়ামনা চংদনা পোংথোক পুথোকলগা, পোং-চৈ য়ামনা পুথোকতুনা এশিয়াগী কৈথেল অয়াম্বদা করমনা য়োনবা ওমগদগে, অতুগা হন্দক্তা নৌনা থেংনরুবা আমেরিকা হায়বা দেশ অতুদা করম্না থাতুনা শেনদোং য়াম্না ফংনবা হোৎনগদগে হায়বা রাখল অতুদগী হেন্না থংবা ওমলমদে। মখোয়না ভাব তানা তৌখিবা থবক অসিতবু, মশাগী হৌজিক্কি দরকারগী থবক মওং অতুতবু য়েংদুনা তৌখিবনি।

অতুগা রুসিয়াদা লৈরম্বা শেনজাও পায়বা মীওয়শিং অতুনা মতম অমদা বিদেশতগী শেন থুম পুরগা রুসিয়াদা অচৌ অচৌবা হৌজিক মতমগী কারখানা লিংথংনবা হোৎনখি, অতুগা মখোয়না জার নিংথৌগী লৈবাক মওং অতুদি কায়দনা লৈহনতুনা, লৌযাম চাবগী মথুত্তা লৌমী পুম্নমকপু অরাবা মওং কয়া খাংহন্দুনা থনমই, অসুম্না পোংথোকী শক্তি য়াম্না চাওখংহলল্লুরিবা অসিনা, সমাজদা করি ফল ওয়রকদগে, হায়বা অতুদি মখোয়না খংউবসু তৌদে, অতুগা খনবসু থললুদে—অসুম্না সমাজগী পোংথোকী শক্তি চাওখংলকপদা খংচোং·

চোংউরিবা মশক অসিনা সমাজগী মনুংদা মীওয়বগী শক্তি পুম্নমক অসি অনৌবা মরী অমদা পুন্সিনখিগনি, অদুগা মদুগী ফলনা, নৌনা থোরকপা খুৎ তৎলবা মীওয়গা অমস্তুং লৌমী মীয়ামগা অপুনবা মওংদা পুল্লকতুনা, সোসিয়েলিষ্টকী বিপ্লব অমা থোরক্কনি হায়বা মওং অদুদি মখোয়না ভাব তাক্লবদি লৈখিদে। মখোয়না পামজরম্বদি, কারখানাগী পোৎথোক হেনগৎহন্দুনা লৈবাক অসিগী কৈথেল পুম্নমক মখোয়না লোয়না পায়শিনগে অদুগা মশানা শেন-থুমগী অসুপ্পা মীওয় ওন্দুনা, দেশকী চাবা থকপা মওং অসিদা মশাগী শেন্দোং তানগে খনজক্লবতনি। মরম অদুনা মখোয়না জ্ঞান অসিদি মশাগী মতম মতম অদুগী থবক্কী স্বার্থ অদুগী মনুংতদা লৈনরম্বতনি। মরম অদুনা মার্ক্সনা হায়খি :—

"মীওয়বনা সমাজগী মনুংদা পোৎথোক পুথোকলিবা অসিদা, হায়বদি মীওয়বগী পুন্সিদা দরকার ওয়বা কান্নবা পোৎশক পুম্নমক পুথোরকপদা মীওয়বগী মরক্তা তশেংবা মরী অমা লৈনরকই, অসিগুম্বা মরী অসি মীওয়বগী রাখলনা অসুম্না ওয়হনগে হায়না শিললুবা নত্তে, মনিংতম্না থোরক্লবা য়াত্রবা মওংদগী থোরকপনি, পোৎথোক্কী অসিগুম্বা মরী অসিনা, মখোয়গী পোৎ থোক্লবগী শক্তিশিং অদুগী মশক চাওখৎলকপগী থাক অদুগা শোয়দনা চাং-চপ মান্নবা লৈমিন্নরগদবনি।"

অসি হায় হায়দুনস্ু পোৎথোক্কী মরী অসিদা মশক ওল্লকপা, অদুগা হান্নগী লৈরম্বা পোৎথোক্কী মরী অদুদগী অনৌবা

পোৎথোক্নী মরী অমদা ওল্লকপা হায়বা অসিতবু য়াম্না চাং নাইনা, খৎন-চৈনদনা, থুগাই খোৎকায়বা য়াওনদনা ইংনা ওল্লকপদি নত্তে। অদুগী ওন্ন তৈনবদা অম্মুম্না মশক ওন্দুনা চাওখৎলকপা অসিদি নিয়ম ওয়না বিপ্লব অমগী মপান্তনা হান্নগী লৈরম্বা পোৎপোক্নী মরী অদু লংথোকখরগা অনৌবা পোৎথোক্নী মরী অমা লিংখৎলক্কদবনি। পোৎথোক্নী শক্তি অসিনা চাওখৎলকপা মশক অসি, অদুগা পোৎথোক্নী মরীদা ওল্লকপা মশক থোরকপা অসি, করিগুম্বা মতম খরদি মীওয়-বগী রাখলগী রাংমদা, মথোয়না খংউদনা, মনিংতম্না, মশানা ইখং খংহৌদনা থোরকঅম্মী। অসিগুম্বা খোংচৎ অসি অনৌবা মশক থোরকপা পোৎথোক্নী শক্তি অদুনা মপুং ফারকপা অদু ফাওবতগী ওয়না লৈগদবা মতম খরতগী ওয়বা খোংচৎনি। অনৌবা মশক থোরকপা পোৎথোক্নী শক্তি অদুনা, মপুং হেক ফারকপা মতম অদুদদি, হান্না লৈরম্বা পোৎথোক্নী মরী হায়-বদি, লৈবাক পান্দুনা সাসন পুরিবা কাংলুপনা পায়রমবা নিয়ম অদুনা, চাওখৎলকপা খোংচৎ অদুবু থিংবা, অকনবা পল অমা ওয়না থোকলৈ, অসিগুম্বা পল অসিদি নৌনা হৌগৎলকপা কাংলুপশিং অদুগী জ্ঞান তানা হোৎনরকপা থবক হায়বদি, পল অদুবু নমথেকনবা হোৎনরিবা কাংলুপশিং অসিগী জ্ঞান তানা পুথোরকপা থৌরাং অমনা বিপ্লব তৌদুনা থুগায়রক্কদবনি। মতাং অসিদদি অনৌবা সমাজগী রাখল মওং অনৌবা রাজনিতিগী তম্ফমশং অদুগা অনৌবা রাজনিতিগী

শক্তি অসিনা য়াম্না চাওনা শরুক অমা লৌরক্কদবা মতম অদু য়ৌরকলে, অসিগুম্বা শক্তি অসিনা হান্নগী অমনবা পোৎথোক্কী মরী অদুবু নমদুনা মাংহনখিনবা থৌনা ফনা, থৌ-ওয়না হোৎনরকপা ঙমলকই। অনৌবা চাওখৎলকপা পোৎথোক্কী শক্তিগা অমসুং হান্নগী অমনবা পোৎথোক্কী মরীগা খৎনরকপা অমসুং চান্নরক্কবা মওং অসিদগী, অদুগা সমাজগী শেন থুমগী মরীদা অনৌবা মওং দরকার লৈরকপনা। সমাজগী অনৌবা রাথল মওং অদুবু পুথোরকই, অদুগা অসিগুম্বা অনৌবা রাথল অসিনা মীয়ামগী মকোক্তা চংঙকতুনা, মীয়াম্বু থোমজিল্লকপা ঙমলকই. অদুগা শেমগৎ শাগৎলকতুনা পুনশিনহল্লকই, অদুনা 'মমৈদদি, মীয়াম অসিবু রাজনিতিগী অনৌবা লানমী অমা ওয়না মশক ওনথোকহল্লকই ; অদুগা বিপ্লবীগী অনৌবা শক্তি ওয়হল্লকতুনা হান্নগী অমনবা পোৎথোক্কী মরী অদুগা অরিবা মশক লৈরিবা পুমনমক অদুবু নমথেকতুনা মাংহল্লগা, অনৌবা মওং অমা অমুক চেৎনা শাগৎলকই। জ্ঞান তাদনা খংহৌদনা চাওখৎলমবা থোংচৎ অসিদগী মীওয়বগী জ্ঞান তানা থবক চত্থরকপা থোংচৎ অদু তারকই, য়াম্না ইংনা অমসুং তপনা তপনা চাওখৎতুনা চৎলম্বা থোংচৎ অসিনা, য়ামনা কম্না হৌরকপা অমসুং থুগাইরকপগী মশক থোরকই, হায়বদি চুম্না মশক ওল্লম্বদগী বিপ্লবনা হান্নগী মওং থুগায়রগা, মশক পুমওন ওলহল্লকই।

মার্ক্সনা হায়খি:—"খুৎ তৎলবা মীওয় অসিনা বুর্জোয়া

শিংগা থেংনহুনা থৎনরকপদা, মশাগী অবস্থা অসিগী ফিভম্না কাংলুপ অমা ওয়না লেপলকপা তারকই,.................বিপ্লব অমগী মপান্না মশাবু লৈবাক গুাকতুনা সাসন পুরগদবা কাংলুপ অমা ওইহল্লকই, অদুগা অসিগুম্বা বিপ্লব অসিদা মখোয়না হান্নগী পোংথোক্কী অমনবা অবস্থা পুন্নমক অদু নমহুনা থুগাইরগা লোয়না মাংহনখি।

অদুগা অমুক্কা :—

(ক) থুং তংলবা মীওয় অসিনা রাজনিতিদা শক্তি হেনগৎলকপা ফিভম অসিদদি, বুর্জোয়াশিংগী মখুত্তগী মথং মথং ওয়না, মখোয়গী শেন-থুম অদু লোয়না লৌথোরক্কদবনি, অদুগা থুং তৎলবা মীওয়শিং অসিনা, লৈবাক গুাকপা কাংলুপ অমা ওয়না লেপলকপা মতম অদুদদি, পোংথোককী থুংশু থুংলাই পুন্নমক লোয়না লৈবাক অদুগী অপুনবগী মখুত্তা পুনসিন্দুনা থম্মগনি ; অদুগা পোংথোক্কী শক্তি অসিগী অপুনবা মশক অদু য়ামনা থুনা গুম্বিবা মথৈ চাওথৎহল্লককদবনি।

(খ) "হান্নগী অমনবা সমাজ মওং অমগী মনুংদা অনৌবা সমাজগী মওং অমা মশাদা থোরকহুনা মীরোল্লক্লবদি; থুংলাই পায়হুনা, নমহুনা থুগায়রকপা হায়বা অসিতনা অগুাং পোক্লকনবগী মাইবী অদু ওয়রগদবনি।"

মথাগী মওং অসি, মার্ক্সনা শোক ১৮৫৯ দা মহাককী ফাওরবা লাইরিক "শেন–থুমগী রাজনিতিগী আলোচনা" হায়বা

অতুগী অহানগী শরুক্তা ইরম্বা ইতিহাসপু পোংশক্তা থাজবা রাখল অতুগী মরু ওয়বা নিংথিরবা রাফম অতুনি :—

"মীওয়বনা চংলকলিবা, সমাজগী মনুংদা পোংথোক পুথোরকপা অসিগী খোংচং অসিদা মখোয়গী রাখলনা শীল্ল-দনা মনিং তমনা মশানা থোরকত্রবা য়াদ্রবা তশেংবা মরী অমদা তিন্নরকই, অসিগুম্বা পোংথোক্কী মরী অসি মখোয়গী পোংথোক্কী শিজিন্নরিবা শক্তি মশক অতুনা চাওখংলকপগী থাক অমগা, চাং-চপ মান্ননা লৈমিন্নৈ। অসিগুম্বা পোংথোক্কী লৈনরিবা মরী অসিগী অপূনবা মশক অতুনা সমাজ অমগী শেন-থুম অমস্তুং চাবা থকপগী মশক অতুবু তশেংনা পুথোরকই অতুগা অসিগুম্বা শেন-থুম অমস্তুং চাবা থকপগী মশক অসিদগী রাজনিতিগী লৈবাক ভাকপা মওং অতুগা আইনগী মওং পুথোরকতুনা সমাজগী তশেংনা জ্ঞান তানা পাম্নবগী নিয়ম অতুদা চপ চানা লৈহল্লকই। পুন্সি অসিগী পোংচং পুন্নমক পুথোরক্লবা শিল্লবা পোংথোক্কী মওং পূন্নমক অতুনা সমাজ অমগী মওং রাজনিতিগী ফিভম অমস্তুং রাখলগী পুন্সি অতুগী খোংচং পুথোরকই। মীওয়বগী জ্ঞান অসিনা ভাব তারকতুনা মাহাক্কী হিংননবা অবস্থা অতু শেম্মকপা। নত্তে, তৌইগুম্বস্তুং মতুগী ওন্ন-হৈনবদা মখোয়গী সমাজগী হিংনরিবা মওং অতুনা মখোয়গী জ্ঞান অতুবু মশক খোকহল্লকপনি। অস্তুম চাওখং-লকতুনা চখংলকপদা সমাজদা লৈরিবা পোংথোক্কী শক্তি মশক অসিনা করিগুম্বা থাক অমদা য়োরকপদা, লৈনরিবা